অকোওবা :— মাইবম সঙ্কর মৈতৈ
ৱাংজিং অৱাং লৈকাই, ৱাংজিং।

অহানবা কোওবা— ওক্টোবর ১৯৯৮




কোপী মশিং —৬০

লাইরিক ফংকম—অইবা, অমদি মরুওইবা
লাইরিক য়োনকমশিং।

লাইত্য খুদিংমক অইবগী ওইগনি।

মমল লুঃ ৫০/-

ছাপা নকন—ঐশ্বর্য প্রেস,
পাওনা বাজার ইম্ফাল।

# কচ্চবা

হে ইমা ! মালেম লৈমা
কচ্চরি তোল্লবা ননাইনা
খুংম্না খাদবু শোক্তুনা ইমাগী,
লৈরাংগী লৈচল শেমজবা
করিস্মু হৈজদে ইতিক চাত্রবা
মীওইলক্তগী তোল্লবা ননাইনি ।
থবাম্ন মানা পামজক্লবনা ইমাগী
লৈশক লৈচুম্বু হৈজদ হৈজদা
লৈরেংজবা লোথংকদবনা তুংইম্না,
লোথংলোইদবনা মাংজিল থাব্রবস্মু
অশোম্নবনা চম্মা ওই. অচুম্বনা থরাতা ওই;
হে ইমা ! নিংথিরবী নহাক্কী লৈচল-সক্তা
লৈশাং তমজবা নচাগী, অশোয়বা কাদা
তাকপীয়ু; লাল্লবা কাদা কনবিয়ু ,
লোশিনবিয়ুকো খুংফংননা নচাগী চম্নবা খুদোলসে ।

# ৱাহৌদোক

"চৌং-তম কংলৈপাক অপুম্বা শকুমনি" হায়বা লাইরিক অসি য়েক্লৌভৈগী ওইবা ইপানাং-ইপুনাং কয়াগী ৱারী শিংবুল কয়ানা পুৱারী ওইরী। শোথরবা ইরমদম অসিগী সাহিত্যগী মমি খরা-তা ওইরবসু ময়েক শেংনা অইবনা কোংদোক্লীংলি। অচুগা শৈরেংশিং অসি পাবদা তুংলমচং অমদি মাংলমচং কয়াগী মমি তাবা উগনি লোয়ননা মতমগী ঈচেলগা চুনরবা মুংশি মুংওলগী মমিসু তাদবদি নত্তে।

পুম্নমকশিং অসি হৈত-হৈত্তা সাহিত্যগী নৌরেল পায়রছুনা সাহিত্যগী ঈপাক্তা চংশিলজরক্লীবা অইবা অমনি। শিক্ষাগী মঙাল থোইনা কংহোত্রবসু সাহিত্যগী ৱাথল্লোন কয়া অমদি ঈশ্বরনা পিনবিরী। অইবনা, ওসিগী সমাজ অসিবু অমত্তা ওইনা হিংমিন্নীংবগী ৱাথল্লোন কয়ানা লাইরিকসিবু য়ুম্ফম ওইরি। লোয়ননা অইবগী ৱাথল্লোন, অফ-ফত্ত কয়াগা তাওথরী সাহিত্যগী ঈপাক্তা; কন্নানাগী কলম্ব পায়রছুনা।

অসিগুম্বা লাইরিকশিং, তুংগী ৱাথল্লোন কয়াগী থন্দুনা ফোংলক-খিনি হায়না আশা তৌজরি। লোয়ননা অইবা অসিবু নোংমদি শোয়দনা; মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা লৈরাং মচু থোক্লা শাংচবা ওমগনি, মথোং শোন্বীরবদি; অমসুং অইবা অসিবু তুংগী আশাগা লোয়ননা ঈশ্বরনা থোজানবীবা ওইসনু।

**Lukram Manao Singh**
**Y. K. College**

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

"চীং-তম কংলৈপাক অপুবা শক্তমনি" হায়বা লাইরিকসিবু ফোঙনবা হোৎনরকপদা থোইদোক হোন্দাক্লা অরাবদা মতেং পাংবিখিবা অমদি শৈরেং অসিগী অশোয় অঙাম, অক-ফত্ত কয়াবু তাথোক তাশিন তৌমিন্নরিবা; মতম কয়াবু কায়থোকপীহুনা চাউরবা থৌদাং কয়াবু লৌবিরীবা Lukram Manao Singh ( Gopeshor ).বু ঐনা পুন্সিগী থক কাউজরোই।

লোয়ননা লাইরিক অসিবু অথূবা মতমদা পুথোক্লবা হোৎনবীরিবা, অল্লাবা অয়া থাংহুনা প্রেসকী ইচিল-ইনাওশিংবু শিংবা ঙমলরোইদবা লমন অইবন্না তোনশিনজরে। অহুগা, শৈরেং অসিবু অথুবদা পুথোক্লবা হোৎনবনা অমদি অহানবা থুংনম ওইবন্না, অশোয়-অঙাম কয়া য়াওরবসু পাবীরিবশিংনা তাকপীরকপদা অইবনা তরাম্না ওকচগনি।

—অইবা

# য়াওফম তাকপা


| হৌরম | | লামায় |
| --- | --- | --- |
| ১। চীং-তম কংলৈপাক | — | ১ |
| ২। থাংজিং চীংজাওনা উকমনি | — | ২ |
| ৩। ভাল্লকলে চীথৈ | — | ৪ |
| ৪। নোংদা লাইরেন পাখংবা | — | ৫ |
| ৫। ভাইরমখোনে হে ! অখোবা | — | ৬ |
| ৬। কংলানা মপান ফরীথৈ | — | ৭ |
| ৭। মনিপুরগী লৈমাই | — | ৮ |
| ৮। ধর্ম্মাগী পলনা থিংগৎপীরে | — | ৯ |
| ৯। লারেম্বী ৭ কী য়ুক্ষমনি | — | ১০ |
| ১০। অরা-মৈশা লাংলিবী | — | ১১ |
| ১১। খুনগৎচরগে | — | ১২ |
| ১২। ভারত ইমা | — | ১৩ |
| ১৩। মণিপুর মুপীগী থোদাং | — | ১৪ |
| ১৪। চন্থু-লত্তগী অথোইবী | — | ১৫ |
| ১৫। লৈহৌগনি মালেমদি | — | ১৬ |
| ১৬। শ্লেংখিনরোই মীওইবা | — | ১৭ |
| ১৭। রাজরবী ইচেমহল | — | ১৮ |
| ১৮। মতম ইচেল | — | ১৯ |
| ১৯। হে ঈশৈশকপী লাইরেম্বী | — | ২০ |
| ২০। শিজনবীরম্নে ইরান পুবা | — | ২১ |
| ২১। লাইর-কোনগী মুজা | — | ২২ |
| ২২। লৈশিল্লসি অমতা ওইনা | — | ২৩ |
| ২৩। ভসিভগী লৈমাই নত্তে | — | ২৪ |
| ২৪। লংলব নভগী নভাল | — | ২৫ |
| ২৫। অথৌবশিংদা | — | ২৬ |

২৬। মৈতৈগী হৌরককম মনিপুর — ২৭
২৭। শেংলবা অয়ুক্তা — ২৮
২৮। খুনগংতুনা লোইরোইদো — ২৯
২৯। কুপশিনগ্রবসু মমিনা — ৩০
৩০। অরাবতা শরুক ওইরিবী — ৩১
৩১। করম্বু ভমসিগে — ৩২
৩২। পুন্সিগী ঈপাক লানবদা — ৩৩
৩৩। কাক্তগী মুংশিং নামীবা — ৩৪
৩৪। হৌগ্রবসু — ৩৫
৩৫। য়াওশংনিদকো ঙসিসে — ৩৬
৩৬। হম্বনা য়েংবিরে ঙসিদি — ৩৭
৩৭। কায়নরমদাই মীকুপ্তা — ৩৮
৩৮। পোনগী চেক্লা — ৩৯
৩৯। চংজনিংদে লাইয়েংশঙ — ৪০
৪০। রাংজিং তুরেল — ৪১
৪১। ওইনচাওবী লৈরাংও — ৪২
৪২। মুংশি মৈচাক — ৪৩
৪৩। হাইররোই অমুক হন্না — ৪৪
৪৪। কোইনিংঙী মফম পুম্বা — ৪৫
৪৫। মালেমসে নংগী শিনতম শঙনি — ৪৬
৪৬। ইকাইবা নংলগনি নফমদা — ৪৭
৪৭। মকত্রবা মচু — ৪৮
৪৮। মীৎলুগী পীরাং — ৪৯
৪৯। শকলো ঈশৈ হৈবী — ৫০
৫০। কংলবা লৈরাং — ৫১
৫১। মেরা থাগী থাশিনী — ৫২
৫২। য়াহং করাগী পাউথুম — ৫৩
৫৩। মাংগ্রবসু ইরনপুম্বা — ৫৪

৫৪ । কায়না বিদায় — ৫৫
৫৫ । কেল্লমলেনে লৈরাংদি — ৫৬
৫৬ । ব্রাহ্মংগী পাউথুম পীবিয়ো — ৫৭
৫৭ । করিগী মীপাইরী মুজাও ! — ৫৮
৫৮ । নিংশিংনুরগা খোদোকশিং — ৫৯
৫৯ । চীংগী মুজাও ! — ৬০
৬০ । লাকখিত্রে মহাক্তো — ৬১
৬১ । মুংশি পীরাং — ৬২
৬২ । লীরম্নরোই মুংশি রাহৈ — ৬৩
৬৩ । কায়নরগনিকো ওসিদি — ৬৪
৬৪ । হুকচরম্নগে নাচোমসে — ৬৫
৬৫ । খুং লোৎলবনী ওসিদি — ৬৬
৬৬ । ইথিগনি লেপ্তনা — ৬৭
৬৭ । করি পোবক্লী নপাওখোন — ৬৮
৬৮ । লওথোকপীরম্নবা নহাক্লা — ৬৯
৬৯ । ইম্ফাল তুরেল — ৭২
৭০ । থোকখিদরে ইরোনম্নু পওশিনখ্রে কলমগী মচীন — ৭৩
৭১ । কংচ্চরী খুয়া থাদা — ৭৪
৭২ । কিহ্নুনা লোৎলত্রা মৈতৈ সাহিত্য — ৭৫
৭৩ । মুংশিনসি ঐথোয় পুম্বা — ৭৬
৭৪ । নম্বূল তুরেল — ৭৭
৭৫ । মুং অনিগী মরক্তা হা — ৭৮
৭৬ । মায়ত্রবা খুন্নাই — ৭৯
৭৭ । লাক্লে ঈহৌ — ৮০
৭৮ । ঈরাক্লরে ঈয়াইদা — ৮১
৭৯ । সাহিত্যাগী মঙানলক্তা ভাম্বোইরিবী মৈমৈ লৈমা — ৮২
৮০ । মিংথোম্না নিংশিং খুদম্নি — ৮৩
৮১ । পালেপকম লৈত্রবা মীওইবগী বাখল — ৮৪

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৮২। | শিংথাবীদে লাইরববু কনানা | — | ৮৫ |
| ৮৩। | লৈরাং অমদা | — | ৮৬ |
| ৮৪। | অনৌবা চহিনা লাকপদা | — | ৮৭ |
| ৮৫। | ভাইরমথোনে ভাইনা চিংথোংদা | — | ৮৮ |
| ৮৬। | কাইনগ্রবস্থ চীং-তম | — | ৮৯ |
| ৮৭। | মুংশিবনা ব্রাহল্লী | — | ৯০ |
| ৮৮। | চংগ্রবস্থ নহাক্না | — | ৯১ |
| ৮৯। | থৈদোক্লগম্নু নাকন্দা | — | ৯২ |
| ৯০। | থাজ নংবু শকহেনবী | — | ৯৩ |
| ৯১। | কাউভমদেদকো নহাকপু | — | ৯৪ |
| ৯২। | মন্নবা অহিংগী নোংজুলক্তা | — | ৯৫ |
| ৯৩। | করিগী হন্নাওরি পুর্ণিমা | — | ৯৬ |
| ৯৪। | পুন্সিগী ঈপাক লানবদা | — | ৯৭ |
| ৯৫। | ভিনথি লেংলি পাল্লি পুন্না | — | ৯৮ |
| ৯৬। | লাইবক করবী ইমা | — | ৯৯ |
| ৯৭। | চীংজাও কোনবা লাম্নৈ·ও | — | ১০০ |
| ৯৮। | থম্বীয়ুনে ঙৈহাক্তুংদি | — | ১০১ |
| ৯৯। | চংকনি কাওগ্রবা লম্বেন্দো | — | ১০২ |
| ১০০। | লোইবী চীং | — | ১০৩ |

# 'চীং-তম কওলৈপাক'

চীং-তম কওলৈপাক,
করী রাংলি নহাকী মীংকপ
থোকলোনে পীবারেন্।
মাংহনা লৈরী মরনপুম্বা,
করী হেল্লী নহাক্কা
মৈতৈগী রাদি লৈরানি।

নিংশিংঙুনে ইপুথৌ কাওগম্বুনে
লৈমরেন, শলাই তরেৎপু পোকলম্বা,
কুইরবগী রারীনি অঙম্বা মতমগী
লৈমাইনি ; লেংদনা লৈরীনে নরন
পুমনমক. কানথোকলুম্নু পীবারেন
চৈথনহুগী রাংমদা।

কনানা হেনদেদো কজবা.
শাংলি লৈরাংম্নু থাংজীং লোকীদি
উজরোক্কা, হৌথিবা থৌদোক নিংশিংঙু,
কাওগম্বুনে পীবারেন, নরা ওইরীবা
ইবুংঙো কীজিগী মনি কাওগম্ব
তাংনা শাংপী লৈরাংনি মৈত্রেপাকী কংলাপুং
লৈহনা য়েংঙুনে ; লৈকোইরেন লমফেল পাংকী
পাংল্লাইদা।

শাংলমগনী কোম্বীরৈ. তৌরমগনি থৌগনবু
ইবুথৌ মাগী নাক্তা লেপ. ফমলমগনি
মাইচৌম্নু থোংলমগনি লৈমাইদা কুম্বা
লোনগী লৈশেমলোন ; ইমা মাগীদি
হৌরকফম মঙান পুবী মনিনি, অনিংবতা
পীবীনি, শেংলবা কনাগী মফমদা।

মালেম—ইমা মহাকসে নংগীম্নু য়াওরী চাকথুং
হোৎনবতা কম্নুনে কাওগম্বুনে হৌরকফম
তাকলকনি মহাক্কা নংগী অনিংবা কয়াদো,
নংম্নু থিনলম্মুনে উরোংদো, ইমাগী তমপাক
মালেমথক্তা, লেংদনা লৈহৌগনি চক কয়া
-কাও নিংশিংগনি মথংনা, শোম্নহৌগনি মীংলেনবু থৌনা লৈবা
পাজনবা।

# 'থাংজিং চীংজাওনা উকম্মনি'

মৈতৈ শনাইগী হৌরককম,
মোইরাং খুন্দা অরীবা,
থাংজিং চিংজাওনা ইয়ুমনি,
মীহৌরোনগী য়ারীমি,
খম্বা থোইবীগী য়ারীনা,
মৈতৈ লৈপাকী নাচোমনি ।।
ময়োক লারবা মঙালনী,
তুংগী পুন্সিগী উকমনি,
লোক্তাক ইমাইনা মীংশেননী,
খুনগংতুনসু লোইদেদো ;
লৈ লেংবী কনানা ?
ঙসিসু শাংলি লৈরাংদি,
থাংজিং লোকমাইদা ;
মতম মানা লাকপদা,
শিংঙেন লৈরাং লৈমুংশি,
পুরেন্থা মহাকীদি লৈহেককম ;
ঙাংখা-লৈমাগীদি মশাইগোল ।।
তাইবং কনাগীদি ঙাইনা চীং,
লোকমুং খম্নান নোংশালোক ;
থাংজিং মাগীদি পাইখরোক,
অহেনবা লীক্লাই পুনেম চীং,
মহৈ ময়োং লোকনকম,
য়ুমলেপ চারা লিংনকম ।।
তাইবং চাদা নাওদা, শন্দোককম,
মৈতৈ শনাইগীদি তাওখলোক,
[illegible]থোগী শানমম,
লোয়াই কোকলেন লেমহুনি ।।

অশংবা মচুতনা লৈতেংলী
শংব্রৈ লাংথৈ কয়ানা,
শাংলি লৈরাংসু লৈকাফম্না
মুংগাইরক্তা ।।
ইংনা-তপ্পা ইঙেনলৈ,
মপু মাগী থৌগন তৌহুনা,
ইঙেন থানা লাকপদা
ইপুনফমনি, মৈতৈগী লোকচপ ৭
ফাংহুনা, ঈরম ৭ ফাংহুনা ;
মৈতৈ লৈবাক, শনখিবা
য়ারী শিংবুন লৈরীদো ।।
ইরোনমুংদা লুপতুনা,
ফুদোকপা ঙমত্রবা মঙানবু
কাওখ্রবানে ঙসিদি ;
তাইবংলক্তা তীনলীবা,
মীওইবগী মপোক্তা
পোক্লীবা ।।
হৌরককম থঙদনা লামাংনবদি,
লৈনী লৈমাইথক্তা তাহুনা ;
মৈতৈ লৈরাং কয়াদি ।
করিসী থৈদোক্লী নহাক্লা
মেশোং উনা লৈবদি
চৈথনহুগী য়াংমদা
লোংমম্রি কপ্পকনি,
হাংলবা লখীহুগী
লময়াইদা ।।

লেংদনা লৈয়িনে হৌরকফম,
তাইবং লক্তা ঔন্দুনা
কনাগী 'পুরান' লৈবগুম ;
মৈতৈ পুন্নাদা, মরীক চুম্না
য়েক্লম্মী ॥
মালেম থক্তা মীওইবনা,
থোংদারকপগী চংন
লগী ; তাকলম্মী হৌরককম ।
কনানা থীগংপগুম থিগংপীরমই;
পোইরৈতা কাথিবা কয়ানা ॥
ঐথোইগীসু লেংলী পান্নী
অপুনবা ;
অরাং-অপা লৈতনা,
মরীক চুম্নবা মঙান্না ;
অপানলক্তা ভীন্দুনা,
তান্নী শকতমসু মৈতৈলক্তা
কংলৈ মনিপুর ॥

খম্বা থোইবীগী ন্নিংশিং
ন্নারীনা ;
লৈশেম ভগোই শাফুনা,
উমং লাইগী লৈমাংদা ;
থাংজিং মাগীদি মশাইগোন্দা,
লৈরাংনরী শাবী শানে
কয়ানা ।
খম্বা-থোইবীগী মহুংশিন,
শংব্রৈ-লাংথৈ লুকমাইথক্তা
হাপ, লৈরোং লাইদা
কংনরী ; খুনজা চম্নু কয়ানা ।
চহিগী কুমওন লাকপদা,
য়ুমথোং খুদিং চিংথদা ;
ইপুধৌ থাংজিংগী লৈমাংদা ॥

---

## 'ঙাল্লকলে চৌংখৈ'

মচু কয়ানা লৈতেংলক্লে অয়ুক অঙনবা,
মালেম থক্তা পোম্বী-চেক্লা কয়াস্থ ;
হয়াও মীনোক তমলক্লে মনা পুংলবা
উকৈথক্তা য়েংলক্লে, নোংমগী চাকতাষম ;
লৌউবা মহাকস্থ তমলক্লে. শেরৌ লময়াই লৌবুক্তো ।।

লৈরাং থম্বাল মহাকস্থ হয়াওজৈ তনৌরবা
লৈনালক্তা. খুবাক চাংজ্ৌ লোম্নজৈদো ;
কোরৌ মাগী মঙাল ফংবদা মমলম্বা
কয়াস্থ কোক্তুনা, অকীবা কয়াস্থ (কাওখ্রে),
লম্বী চংপা কনাগী মফমদস্থ ।।

নরা ওইরীবা কয়াস্থ মথৌ মাংদা থারক্লে,
অয়ুক অঙনবা তাপ্লাদা শংবাম্নবা চীংয়ানি ;
অমুকস্থ হেল্লী ফজবা নোংমাইজীং চীংদোলদো.
মচু কয়ানা লৈতেংলি লীক্লাগী অরংবা
তম্ফানা ; হুমিংকী তরুবা মঙালনা য়েবদা ।।

ঈংনা-তপ্পবা চুমথাংনা মচু তরেংনা
লৈতেংলে. মালেমগী অকোইবা শেথা হৈববা
কবীগী চোইরোন কয়া লোনলক্লে ; শংবাম্নবা
ফিবাংজী মথক্তা ফমথতুনা থীংগংলক্লে,
খুলং ইশৈ শৈথাবক্লে লম্বীতুগী চীদায়দা ।

পাওরৌ হৈরবা ইপুথৌ খোংলক্লে
লৈমাইথক্তা অঙালবা মহাকপু উবদা ;
পংলম্বা মহাকস্থ
শীংগংলক্লে লৈরাং
কয়াগী মচু উবদা ।।

# 'নোংদা লাইরেন পাখংবা'

হাদা ইপুথৌ লাইনিংহন,
মৈতৈপাকীদি অমোইবা
সুংথিলদনা লাই ওই ;
অহিংদনা মীওই,
মৈত্রৈপাকী লৈমাইদা
লাইহুরা ৭ ইমাবু পানবীহনা ॥

মোংবা নংগী নরাংবাই
ইস্ফাল কৌরা লমদমদা,
শালাই ৭ পু পোক্লবা
চক কয়াদগীনা ওসি ফাও ;
কাওররোইদবা মচুনা
কংলা ফম্বাল লিংবীরবা ॥

ময়াই ফমথোল ফংহনা
নিংথৌ ৭ পু হাপ্পীরহনা,
থৌদা রায়েলবু তাকপিবা
মাইকৈ ১০ ওাকুনা,
ফমফম কয়াবু কনবীহনা
মালেম লৌকোইগী মথুংদা ॥

কংলৈ গাক্কি তারুবা
নংগী নতিক নয়াই কয়াবু ;
করমনবু কাওশিগে
মালেমশিনা লৈবীফাও,
নচা ওইবা কয়ানা
কাওজমদেনে ওসিসু ॥

চেংওানা মুংদা লৈবীফাও,
হকচাংনা লৈমাইদা তিনত্রিফাও,
থরাই মানা মাংত্রিফাও
মীংকুপ থুদিং নীংশিংলি ;
লংলবা মিংশেনবু উরবদা
কংচরী নচা ওইবা কয়ানা ॥

লৈগী থুজোক চাইহনা
মীংকী পীনা তোপ-তোপ তা,
কংলা নংবু য়েংলগা
নিংশিং শক্তম থম্মোইসুংদা ;
হাদা ইবুথৌ লাইনিংহন লৌশিনবীগুকো
নচা কয়ানা কংচবা, লৈমাং থুজোক কয়াশে ॥

## 'ঙাইরমখোনে হে! অথোবা'

ঙাইরমখোনে হে অথোবা ; তাক্লমখোনে নরা ওইরীবা কয়াদা ঙৈহাকথক্কুংদি লেপ্লমখো, হাংলবা নোংদোন লৈচীনগী দোলাই থামতুনা। হংজহৌখিগে নকমদা তাকপীরম্মুনে মরীক চুম্লবা নংগী য়াম্না খোনজেন ; নংনা নপান করীঙৈ, য়ুংবীরমই নীংশিং মুত্তি জাতিগী ওইরবা শকতম্না সনাগী কমবানথক্তা ; মীওইলক্তা কনবীবমই কমফমস্থু লৈকোই মমুংশিদা। মৈতৈ লৈচললক্তা ভীন্দুনা ; য়েকপীরমই মুংলরোইদবা সনাগী ময়েক্লা, হকপীরমই তুমলরোইদবা থৌতুমুংগী মুংপাক্তা, থোরকদবা থৌদোকশিং, লাকদবা পরমশিং। মীওইলক্তগী অথোইবা! মালেম ইমাগীদি অচানবা, মপারী নাইতোম থোকপা 'ধ্রুবা তরাগুম' লৈকোইশিবু ঙাক্লম্বা ; পীবালক্তগী পীবারেন হে অথোইবাও! লময়ানবা নংগী লময়ান থোঙ্গুনদি কুইরা কুইরা মহেনলী ; মুংপা লৈভেনে নোংমতস্থু। মীংশেনগুম লংলবা নগুননা মালেম লৈকোইগী মমুংদা ; অচংলক্তা ভীন্দুনা ঐস্থু মৈতৈনি তাক্লম্বা, তুংগী পুন্সি কয়াগী ঙানলবা মৈরাবু চুথংপীরম্বা ; হে অথোবাও! লময়ানবা!।

---

# ‘কংলানা মপান ফরীঙৈ’

ফংলানা মপান ফরীঙৈ.
লোক্তাক্না ইমাই চোনলীঙৈ,
হৈরাং-মন্নীক চুম্মমী,
লৈরাংস্থ লৈনম চেনলমই.
ঙসিগীনা মনিপুর ॥
কংলৈপাক্কী লৈমাইদা
মৈতৈপাক্কী হাইহ্নুনা
চাওথোকচরমই লৈকোইদা,
শকথংবীরমই কনানা ;
স্বর্গগী লৈকোম্নী হাইহ্নুনা ॥
ইকাইবা থুম্নরমই থাগীনা,
ঙসিদি মংগুম ওইরবোই
নর্রা ওইরীবা কয়ানা ;
ইতিহাসনা মৈরাইথিবনা
পংহাই হাইজনলবোই নিংথ্রবোই ॥
অমুবা লৈচীম্না কুপথিবনা,
অনৌবা ময়োম্না কংথিবনা,
মকশিনখ্রে মচুগু ;
অঙৌবনা অমুবা ওনখ্রে
শক্তমস্থ, ঈংনা-তপলবা
মাইথোংনা; ইশৌ লাংলে ঙসিদি ॥

গুম্না-তৈনা চংলুখনা,
পনথুংফম য়োঙমদনা লুপখ্রে
থাথন পুন্থস্থ ;
মীপোৎপু ইপোৎ
শারুবনা ॥
ইকাইবা নংলে মীমাংদা
মীতৌ তমলুখনা ; হোৎখ্রে মতমস্থ
নিংঙাইদনা লৈথোক্লীঙৈ,
পাম্মুবা থঙদনা ইপোৎপু
থৈদোক্লীঙৈ নাকন্দা ॥
লৌশিনখ্রে, মীংশেনগুম লংলবা
জাতিগী মশক তাক্লম্বা ;
মৈতৈগী শাগোন কাংজৈ,
ওম্থোকখ্রে মীংলেন, ঙসিগীনা
পোলো ॥

# 'মনিপুরগী লৈমাই'

মুংশ্রবস্তু মৈরাদো, মৈরাইশ্রবস্তু ইতিহাসতো
লংলিনে মমিদি, ভারতকী য়াম্না থাপলবা নোংপোক্তা,
মদোম চিঙ্গা ঙানখোই ; স্বর্গথকী লৈকোনশুম,
ইচিক হুনলবা থাজশুম, ফুদোঙ্গী চুমথাং ৭ কী মঙাঙ্গা ;
মীংশেনশুম মংলবা মমিনা ॥
য়াম্না থাঙ্গবা পোইরৈ লমদম কয়াদা,
ঐগী মনিপুরনি, ঐগী মনিপুরনি ; শক্তাক্কী লৈমা জগোই
শাহুনা, লৈশেম বাঙ্গী মীর-মীরহুনা মালেম লৈমগীদি লৈমরোঙ্গী,
লৈরাং লক্তগীসু অথোইবী, ফমথোল কল্লা পীনবীরম্নবনী ;
লৈকোইবা মপু মহাক্লা ॥
চক কয়াদগীনা ঙসি ফাও, রাংতা পান্দা পৈশিনবীরম্নবনি
ইরন পুন্না কৈরেং কৈজাও মবুক থল্লা ;
অশংবা, অঙোবা, অঙাংবা, অমুবা, হিগোক, নাপু মচু, শংলৈনবা
চয়োন ৭ না খুজিং ওইহুনা
লৈমালক্তগী অথোইবী ॥
মীংথোনবীরম্নবনি পোইরৈতা ফাওখিবা মহাক্লা ;
মুংলরোইদবা মচুনা শংজিনলম্নবনি পোইরৈ লমদম্ন মনিপুর,
মৈতৈ পোকপী য়েনহৌ ঙনলবী, মীমুংশি খঙলবী লৈমরেন
তকুপ ৭ রক্তা ঙাম্থোইরীবী,
নোংঙানলমদাইদা থোকপা থবাশুম ॥
পেনবিখিবনি ইংনা তপ্লবা মতোদা মপুনস্নু,
লাইনিং চেৎলবা ইরমচৎনা থোগন তৌ ; লৌশিনখিবনি
কোরৌহনবগী মফমদা ॥
কনানা শেন্নরী মনিপুর, কনানা কনলক্কী মনিপুর ;
ঐদি মনিপুরনি, ঐ মনিপুরনি,
মালেম লৈকোই মুংদা ॥

চীঙ-তম কঙলৈপাক অপুনবা শরুমনি

# 'ধর্ম্মগী পলনা থিংগৎপীরে'

মালেম লৈকোইগী ঈচেনবু থিংগৎপীরি
ধর্ম্মগী পননা পুনজনিংহনা ইপাক্তা. তাওথজরকপনি
কাওশিংগুম, থৈদোকপীগ্রে মহাক্না খুৎশেমগী হৈরবা
থিংঙেন্না ; মাংহনবীগ্রে মীয়ুংশি, লাপথোক-নপ্রবনিনা
মহাক্তা. মকশীনগ্রে মচুস্থ. মীওইলক্তা
থোকগ্রে ইফাং কয়াস্থ উনথিদ্রে খুৎশেমগী থোংয়ুংদা,
চেনথগ্রে ওসিস্থ ;
য়েনহৌঙেগী য়ুংশিবা, পুনথিদ্রবনিনা ইচেন্দা,
ওসিগী মীওই কয়াসে ; য়ুংশিনদ্রে কনাস্থ.
অশেং-অমাং থিংঙেন্দুগী মকমদা ॥
মপুগী মনাই মীওইবা, মালেম থক্তা শাৎপদি
অতাং লৈনি তাক্লমই ; মপু কৌবা মহাক্না
তাইবংবু শেমগে নিংলকপা, নোংমা কৌবা
নোংজাদা. মালেম লৈমা লৈশাদা ;
অহানবা মরু হুনবনা, তাইবং-কোক হেক-ওইদেদো ;
অরাবা কয়া থাংহনা. রাথল মরীক অচুম্বা ;
করী লৈরী থিহনা, করম তৌসিগে থন্দুনা ;
মংলান কয়া মাংলুরবগী মতুংদা মীওস্থীবনি
মপুনা মালেম লৈমগী পীবুকয়ুংদা
থাবুম ১০ নাওকোনবীহনা, পোকপীখিবনি তাইবংবু,
নাইতোম শাৎপী লৈরাংগুম, ওসিদি মচা-থাইনা
লেংবীরে লৈরাংলক্তা ; অরুম-অয়াং থাইবীরে,
য়ুংগুম লৈমাইথক্তা ; ইস্থোকপীগ্রে মহাকপু,
অপঙবা শিংদা চন্দুনা, চৈথন্দুগী রাংমদা ;
পুনথিদরে হিদেন তাকম, মীওইলক্তা, শাগী পুকচেন
চেনলবা. শাগী নিংথৌ নোংথান্না....... ॥

# 'লাইরেম্বী ৭ কী য়ুমফম্বী'

হে ইমা ! লাইরেম্বী ৭,
মৈতৈবু পোকপীরম্বীদো কংলৈ-
পাক্তা ইফাং ৭ থোক্লুনা ;
ইপুথৌ পাখংবশু থৌগনবা,
লৈতা খুন্দাত্লুনা চাবোন-শুরোন
কম্নাফাও ।
কাওররোইদবা শক্তম্না
কংলামেনগী ময়াইদা
মচৃ ৭ কী ফিরাম্না,
ইনিং তম্না পাইরীবা
ইমিং পেম্না য়েংজেদৌ,
নচা ওইবা কয়ানা ।
কয়াগী মতীক হয়াওজে
পুন্সি লম্বী চৎপদা,
চাওথোকচক্কইমে মৈকোইদা
ঐস্‌ু মৈতৈনি মালেমদা
ইশক তাকচক্কই তাইবঙদা,
চানবীরকইনে পুংকোক্না পুম্নমক্না
কমথোল কয়া পীবীরকথি ;
ইমা ৭ কী লৈশেম জগোইদা
পেনবীরত্লুনা মহাক্না ভসিম্নু,
লৈরী শক্তমদি
শলাই ৭ থোক্লুনা ;
নিংথৌ ৭ পান্নুনা
মাইকৈ ১০ তাক্লীদো ।
মীংকুপ মাওছল কাবদনা
কংলৈপাকী লৈমাইদা,
তাম্থোইবী চুম্নথাং ৭ কী মরুমদা
অশংবা কীরাংজিম্না লৈতেংত্লুনা
নচা কয়াবু কৌনবীখী ।
মীচং-মীখাই মাইদম্না
ইচা-মীচা, য়োংলৈ মেলৈ মাইদনা
পীকম থোকপা পীবীরত্লুনা;
নচাশিংবু চাওনবা
য়োকপীবীবা হে-ইমা ! ৭,
থুমদা লৈরে লাইরেম্বী,
লমজা লৈরে লমলৈম্না,
মকম মতমগী শায়োখী
ইমা ৭ কী কমথোমগী
শিংথাত্লুনা লোইদেদো;
শিনি হাইনা তমগুমদে,
পাংলবা নচা কয়ানা থওজবা
থরতনা কৎচগে ।
হৈজবা অশিতনা শেমজসে,
থারোথীগম্নুকো হে ! ইমা ৭,
ইফাং ৭ থৌক্লীবী............॥

# অব্রা মৈশা লাংলৌবী

থামা থাঙলেদোকো ! ঙসিদি
শকতম কাইরবা চেংলৌনা ;
নোংমা কাওদনা উনরী
ইমাংমক্তদা কপচরী ইমা
মহাক্তি হাদা ইমোম
পারী শা কাওরব্রা
মথোই পুম্নবু উক্রব্রনে
কোইরাওনবা মীংশানা
ইরাং কৈথেম কাক্ষবনা,
মাঙখ্রব্রগে রাথন পুম্ন্যা;
ঙমখ্রব্রা মথোই পুম্না,
পোইরৈতা খোঙ্হোক মহাক্না ।
মোংবা মহাক্না য়ুমজংলে
ঐনা ইপান ক্ষরীডৈ ।
তাওথিংমাং নিংথৌয়েম্না
হয়াওজৈ; ঐবু পোকপা
ইমানি থাগৎপীরমই ।
মীমাংদা কংলা ফম্বান
তোংহুনা, মালেম শিনবা
থুংখিদো; মৈতৈ নিংথৌ
অথোইবা ! কাওখ্রব্রনে,
ঙশিদি নথোই পুম্বা
থৈদোকফম লৈরে থম্দুনা;
মাইচৌ নহাকী চোইরোনদি
কেনখিবতনি মপানদো ।

ঙম থোকচ্ত তম্বনা
মরৈথাক থাদোকখি
হরীচন্দ্রা নিংথৌনা ।
নোংমদি হজিনখি
সিংহাসন, মাঙখ্রবা কয়'হূ
থীজিনখি ; মিংশিংত্তুনে
নথোয়হু হৌখিবা থোদোক
কয়াবু, মচুংদা তাবা মমিবু
মরু মক্তি হূক্তরি ।
য়েজিং চোংবা ঙমদনা
থাঙগংলবা হকচাংনা,
ওনমা থোইনা থাঙজৈদো
ইফুনলক্তা তাহুনা ইমাই
মাইহিং থাঙহুনা. অঙাওবা
শানা চংজিদো ইকাইদরনে
মীমাংদা । পোকপগী মহে
থানহনলু, শাংপগী লৈনম
চেনহনলু ; 'নমায়বী'; 'নমায়বা'
কয়াগী মরক্তা । মাঙজিং
থানা পুথোকউ ঐথোইগী
ইমানি । পোকপীবা মমা-মপা
লুনা তৌবা' মচাদি মাঙহৈদেনে
কৈদস্থু, মাই পাকনি ফমফমদা,
ইকাইবা থুমনগনি মহাকপু
হাদা অথোইবা ! মীতম্বা........।

# 'খুংগাংচরগে'

অঙাওবীনী ঐহাক্তি অঙাওবী,
মীমাহ্নব্রবী পুক্সিনি থৌশাবীব্রবনি
কনানা। কোইচং চংতুনা কোইথি
খিরী,
শেগাইরবা চেনাশিং ইস্কাল লৌরাই
থুংনা; খুঙগংচরী ঐহাক্লা কনাবু
ইকাইদা. কনাবু কিদা লম্বীতুম্পী
চিদাইদা। নোংমন্নী লেপ্তুনা
থুপচিঙ্গরী চেনা খুদিংবু, মথং মনাও
কাইদনা; মচেং তারবা খোঙথাং
ওইনা
খাংলমলবা পুক্সি কয়াস্থু য়াওরমই,
নিংবা কাইনা কাইনা ঐগুম।
কনাগুম্বী অমগী মপাউস্থু নিংবা
কাইথ্রবী; থোজুক্লবী লৈরাংগুম
ঙাইরমলী মপাং. শেগাইরবা চেনা
কয়ানা। কনাগুম্বা মীহুংশি থঙজ্রবা
মহাক্লা; অঙাওবানী হাইহুনা মীয়া-
লক্তা; খুবাক খুবহুনা নোক্লী ॥
অঙাউবীনী ঐহাক্তি অঙাউবী,
য়েংলো নমীং পেন্না; নোক্লো।
থুবাক থুবহুনা ঙৈহাক ঐনা
লৈবীডৈ। শেগাইরবা চেনা কয়াবু
খিবীডৈ, পীবগম্বু ঐঙোন্দা অপনবা
চংলুখিগনি ঐহাক্তি মকম খুদিং,
মচেং তারবা চেনাবু খিজবা;
য়াওরমগনি মৈতৈ চম্বু কয়াস্থু
ইফুনলক্তা তারহুনা; য়েংবীরমলোই
কনা অমতনা হন্না কাউ।
অরা মৈগাক থাংলীবী
মৈতৈ সাহিত্তা; চৈথাইরবা
চেনা কয়াবু খুংগংচবগে
এ অঙাওবী ঐনা,........
অঙাওবীনি ঐদি অঙাওবী ॥

---

## ভারত ইমা

হাদা ভারত লৈমা ইমাও ! চংশ্রেদো ওসিদি ভারত ভূমী লৈকোন্দগী
কনাদা শীন্নবীরগে নচা এথোইবু,
ভাক্লমথোনে অমুক্তো নচা কয়াগী চংক্লকম,
কনা লৈরী ইমা নংগুম্নবী ; ভারত ভূমী লৈকোন্দা,
কনা শাংলি লৈকোনলক্তা ইমা নংগুম, মীম্নুংশি চাওরবী
ইমা নংনা লেংলম্বা লৈরাং কয়াগী পরেংদি, তংলরোইদো কৈদৌঙ্নুংদা;
লৈমন চনলা-চনলগা মহেন্নলী লৈম্নুংশি,
লৈরাং-লক্তগী অথোইবী ; মপু মাগীদি অচাবী,
লাইনিং চেংবী পলেম্নও !
মুপী ওইবগী হৌনশা, অচুম্বা লম্বীবু তাকপীরত্নুনা ;
লৈশেম জগোই শাথেক্লা, মপু মাগী লৈমাংদা
কমকম কয়া কনবীরমত্নুনা, নমান্নবী কয়াগী মরক্তা
নাইতোম থোকপা শজিক্ম ; মপুগী মতুং ইন্দুনা
মালেম লৌকোইবু কোইগত্নুনা ভারতকী শক্তমবু তাক্লম্বী;
লৈনম চাওবী কেতুকী খুইরা-খুইরগা মহেনলী ;
লৈম্নুংশি করম্নবু কাওশিগে হাদা ইমা ॥
ভারত লৈমা ; লমলেন নংবু অপোকপী, কংচরকে
নচা কয়ানা চহিগী কুমমোল লাকপদা ইমাগী
নিংশিং শক্রমদা, চাইথজরকে ওমজবা লৈরাং
খুজোক অমতং ; লৌশিনবীম্নুকো লংনদনা,
পুথোনে লাইরৈরাক্তা খুদোন পোৎনী থন্দুনা,
লেম্নিরলাও মংলান্দা লাক্নুনা, ইমাংদা পীবীরম্নু
ম্নাইক মঙ্গল ; নাহ্নবীরম্নু অমুক্তা
পাপ চেনলবা হকচাংদা........।

# 'মনিপুর মুপীগী থৌদাং'

মৈতৈ চন্নু য়াইকবী পাম্বোইবীগী
শায়োম্নী মোইরাং থোইবী মহাকস্নু,
মরীক চুম্বা লৈকোম্নী মনিপুর,
লৈকোনগী অথাং-কনবী "মাধবীস্নু"
কংথোকখি পুন্সিবু মহাক্কীদমক
কাঞ্চিপুরগী লৈকোন্দা ॥

লেংহুনা লোইবা নাইদেদো
খুনগংপগীস্নু অরোই লৈতেদো,
মনিপুর লৈচনগী সাইহিত্যাদি ঙসিগীতা
নত্তেদো ; য়েনহৌঙৈদগী মপুং ফারবা
লৈকোম্নি, ভারতকী য়াম্না থাপলবা
নোংপোক থংলবা হারমদা
মরীক চুমবা স্বর্গথক্কী লৈকোলনী
অথাং কনবী লৈপাকলৈ ॥

লৈমরেল ফমথোল ফংগ্রবী মৈতৈ চন্নুনি লৈকোইদা ;
ভাইবংবু শেম্বীবা অমা কৌবা মপুনা
পেনখি ; লৈশেম অগোই শাথেক্তা পাম্বোইবী
মহাক্কীদি শৈরোন্দা ঙাকখি ইরৈপাক,
মুপীনা য়েক্রবগী মাইকৈদা লিম্বোইঙম্বী মহাকস্নু
অতাংবনী মালেম লৈকোইদা

মৈতৈ চন্নু লৈরাংদি নাইতোম থোকপী
থাবানি ইচিক হুনলবা অহিংদা মপু
১তবু নিংহুনা পুন্সিগী মৈরা ওইরিবী,
অতাং লৈনি লৈরাংলক্কুগী মাংগী শমলাং
শাইকপী তুংথা শমবুল্ল পরৈবী ইমা হাইনা
কৌবদা হাও হায়না পাওথুম্বী, মুপীলক্কুগী
অথোইবী শিংঙেল লৈরাং লৈস্নুংশি
পুক্লিং চেংবী লাইরেম্বী ॥

# চনুলক্তগী অথোইবী

ছাদা কনা লৈরি কোমুংদা,
ইরাং হৌরক্লে তুশেম্না
নিংথৌ লৈত্তে খন্দুনা।
নিংথৌগী থৌদা পুহৌবা
অঙম্বা কনা তোংলি তাংবন্দা,
তাত্রবরনে লালাওশে,
পাইখিদৌরে কংলাম্বা,
মুনখিগদৌরে কম্বালস্নু
চিংখখিগদৌরে নোংদোন
থেংনা পাইরম্বা ফীরান,
তুমখুন হন্দুনা লৈরিঙৈ
মুনখিগদৌরে নপোং পুম্বা;
নিংথৌ মাদি খঙলম্লোই
নোংপোক হারম ঙাক্লিঙৈ
কবো নিংথৌ আক্লগা,
লাম্হেংনরীঙৈ অ'শামদা,
লানঙম ফীরান পাইহুনা
নিংথৌ মানা হনলকপদা
করি খুমগনি, ঐহাক্কি,
পীরোনে থাংলেন্দো,
লানগী মঙ্গল নিরগে
হাইজরগে ইপুথৌদা,
থৌদোক্লগে লানগী শাদো
খঙহনলুরগে ইভিকপু,
কংলৈ চম্নুনা লৈরিঙৈ,
শক্তমবু মাংত্রিঙৈ
ইকম্থিদি নোংশানি,
মকম মতম খঙলবী
মৈত্তৈ চম্নু অথোইবী
লিম্হোই ঙম্বীনি ঐহাকস্নু,
স্নুপীগী মপোক্তা পোক্লবস্নু
স্নাত্তে ইগুল, কীদে কনাবু,
থেমজিনবা ঙমলোই মহাক্লা,
ঐস্নু ১নি মৈত্তৈ ইমাগী মমোম।
খারবস্নু খরাইশে চেনলরোই
লৈহুনা লানকমগী
পুন্সিশিনা লৈরীমখৈ,
ঙাকলমগনি ইরৈপাক,
কনলমগনি ইজাতি;
মীখুৎতগী ইমাবু,
তোংশাদা অঙাংবা ঈনা
চেনলীঙৈ; লৈরাংনা
লৈকা ফম্না শাংলিঙৈ,
ঐস্নু মৈত্তৈ চম্নুনি
লিংথোইঙম্বী........।

---

## ‘লৈকোলগী মালেমদি’

ঙৈহাক্কী পুক্নিনা লৈরীঙৈ
লৈরাংনা লৈনম চেনখীঙৈ
কংচরমলগে লৈমী খুজোক
ইমাগী লৈতেং শমজীগী লৈরাং
শিংজরমলগে লমনস্থু ;
চেংডানা ঙুংদা লৈরীঙৈ ।

অক্না-রুংতা উরীঙৈ থম্মোহ্নী ম্যাইখুম্বা
মমন্নিঙৈ কৌজরমলগে হান্না ইমা অপোক্পী ;
মালেম নংবু লৈমরেন অরুবা-খিরিক্কী
তুংন্নুম, ফত্তবা কয়াবুস্থু চানখীরীবী
ইমা নংগী নতম্বাকথক্তা লেংদি পাল্লী
থীরীক্না ; মেনহৌঙৈদুগীনা ডসি কাও,
লৈরেম জগোই শাহ্নুনা মপু মাগী
মীংথৈ শক্লিবী, অস্থমনবু শেপ্লাইদো
মালেমদা থং-থং থেংলম্বা ; মোইমাইবদি
তাওরোইনাই লাইদি অঙাংলক্না,
ঙাংবা নোংথৌ মহাকীদি মোইনবী ।।

নচা ওইরা কুম্মানা
নতম্বাকথক্তা চোংহ্নুম
ইমা কুংবু কোকীবে ;
লৈহৌরনী মহাক্তি
চংথিগরি পুন্নবহ,
নোংমা-নত্রগা নোংমা.... ।।




...কণ্ডলৈপাক্ অপুনবা ...কমরি

## 'ঙৈংথিনরোই মীওইরা'

ঙুংশিনরসি মীওইবা, ভানরসি ঐখোই পুম্না
অম্মা কয়াবু কোক্কনা ভসিদি কাওরব্রা ?
কুম্বা লোনগী লৈশেমলোন ঙুংগী চক কয়াবু নিংশিংব্রব্রা
অরাবা কয়াদো কোক্লগা মপু মানা শেম্নবা
তুংদা ; অরাবা-কয়া নংখিদো কাওতমদেনে ঐহাক্তি.
লোৎতুনা থাংখি লৈকুৎ-লৈরাই শুকংদা
মীৎকুপ ২তা ইনিং তম্বা ঙমদনা ঙুংশিবনা ;
ইচা ইশু কয়াবু মফম খুদিং চেনখিবা
ঊরী মীৎতা শংশংনা অকীবা কয়াগী শক্তমদো ॥
পুন্সিন্দুনা মীওইবা তানখিবদাই
লোকোইদা ঙেংনখিবদাই মীৎকা-মীৎকা,
ইমাংমক্তা ইথাঙুংগী ইচাবু কৈরেন
য়াখোং লোনখিবা. পন্নাও-শিংনাও কয়াবু ॥
মপুং ফাবা ঙমদনা লম্মথাংদা মাংখিবা,
শাগী চিঙ্গাক ওইদুনা পোরেপফম খঙদা
মালেম লৈকোই থুংনা চেনখিদো.
থরাইসে থুবাক্তা হাপতুনা অরাবা কয়া
নংলুরবগী তুংদা, ওয়াংতনি শিংলকপা ॥
য়ামন্দুনা মীওইবা ছিংনবগী লানফমদা
থরাইবু কন্নবগীদমক তানখিবদাইনে,
কংথুইদুগী শুকংদা শোনথাংনবা রাহৈনা,
ভাখিগনি কীজবনা থক-থক নিক্লবা ;
হকচাংনা হন্না-হন্না হোৎনখিবদাই পুন্সিবু.
কন্নবগীদমক কাওমন্নসু কাওইকো,
হে ! মীওইবা মপোকও ! ঙুংঙাইবনা অরাবা
মশক খঙদে ; হাইবগুম ঙেংখিনরে
ভসিদি অমগা- অমগা ........ ॥

## 'ৱাজৱবী চেম্হন'

হাদা ইমা শক্লবী ইচেমহন,
খুমন কোন্দা পোক্লবী
নোনা উলেন নংলবী
ইচে নংবু লাইরবী ;
নৌপ,া ঐগীদমক্তা পুন্সি
পোম্থা ওইহনা লোক্তাক
পাংতা কুমহনা, লাইজা ঈশিং
শোক্তুনা, খোমলাং শানা ইনবীবা ;
লৈকাই ফোঙ্গু লংহনা
নোংমগী চারা তান্দুনা,
নৌপ,া ঐবু চাওনবা অহিং
তংখাই মীংশেলথাল,
নাওত্তম ইশৈ শক্তুনা
নৌপ,া ঐবু শুহীবা
নংগন থক্তা পোহনা
ইমা মাগী মোংবা মরাংরাই
ইংখোল চুথেক মরীদা,
পম্লো মাশা থারম্বা হৈ-রাংনা
ইচেমগী চরা নোংথম্না,
ইচেগী পুন্সিনা থাংলকপা
নৌপ,া ঐনা কাওজদে ;
ইচেম নংবু লাইরবী

লৈকায় মীনোক ওইরগনি,
লোইবী চিংদা শিংয়াম্বা
খোইরী কৈথেন শিংয়োনবা ;
পোথাবীরোনে কৈদোবগে
নৌপ,া ঐসু শাম্বা
পাঙ্গল কল্লক্লে ;
খুলং শৈথা ঙমলগনি
লেংখোকপীরগনু ঙসিদি,
য়ুমঙাক·কৈঙাক্লহনা
ফমবিরোনে ফমমেন্দা,
হাদা ইমা শকপী ইচেমহন ;
হংজরুগে কনাগী
খুলং পলা শৈশকপা,
থিজরুগে ৭ কী শেঙ্গা
করী রাগনি ইচেনা ;
নৌপ,া ঐনা চাওরবদা
অঙম্বা কনাগী মশাইগোন্দা
হংগংচরুগে শিম্থা,
লৈরমগনি রাংতনা
মোইরাং খুঙ্গাও লৈচাওনি ;
পীবীরকনি ঙসি নোংমগী
চরা ....... ।।

# 'মতমগী ইচেন'

মতম লাক্লে মহোশা
চেন্থরক্লে ইচেনশু,
কুমগী নোংহৌনা কুমদমলক্লবদা
মহোশা কৌবী লাইরেনবী থুংলবে ;
লমথাংদা য়েন্নীংথানা লাকপদা
হরাও মোমোন নোক্তুনা
য়ুমথোং থুদিং কোইছুনা,
অপা-অথা নাইদনা
থিকথবীরক্লে লাইজা ইরিক,
কংলবা লৈমাইশু চোংলক্লে,
শারম্বা মৈশাশু কোকথ্রে ;
মৈশা লাংলম্বী থেনজোংনা
ইরোনন্নুংদা নোকচরি, ঐ
মঙাইরে থন্দুনা।
অরাবা পুম্বশু কাওথিছুনা,
কংলম্বা উপালশু য়েন্নীংছনলে
কুমগী নোংনা কুমদম্নক্লবদা,
অশংবা মচুনা লৈতেংলে
লৈথক লৈথা অনিদা ;
ঙৌরুনবা লৈচিল্লা অপাবা ফীজং
থনবগুম থোগনলক্লে।

মালেম লৈমবু
কনা উথিগনি মতাগুম.
মথৌ থঙলবা মাইকৈ-ঙাকপা
ইপুথৌ ;
কুমগী পুংলোন ষৈরক্লে
থাংজিং কৌবা লাইনিংথৌনা,
থাংজিং লোক্তী পাইথরোক্লা
শাথেক হৈরবী ইবেনথৌ ৭ সু
থেক্লক্লে ; মপু মাগী শোনপুংদা,
থোগনজরী মপুবু চহিগী
অনৌবা লাকপদা, নুংশি
থুদোন ভমহুনা পীনরী মাগী-
মাগী ভমভথা থম্মোইগী
শেংলবা লৈগী লৈনম্মা,
মপু মাগী খুয়া শোক্তুনা
কুমগী নোংনা কুমদমলক্লবদা ;
নিজহৌরী চহিগী ওইবা
অনৌবা মপোক কম্নাবু,
অবাং-অপা লৈতনা পীনবীনবা
মপুদা........ ।।

# 'হে ইশৈ শকপী লাইরেম্বী'

কোকহনলোনে অরাবা রাংলবা
চেকপনস্নুংদা,
মুংগুম কল্লবা থম্মোইবু
নোথোকহনলো নচাগী,
মোহিলিং থাংলবসু ইখোংদা
থম্বীরবসু পোম্লুংদা,
ইনিং তমজরে রাখনদি
ইমাগী চুমশিরবা নাম্বীবা
শকহেকপু তাবদা, হে ইমা !
ইশৈ শকপী লাইরেম্বী ;
নংগী শক্লহেক্লা কোকহনবীয়ু
থম্মোইগী অরাবা কয়াবু,
কাওখি অরাবা কয়াসু
নংগী নাম্বীবা চুরগী
শৈহেক্লা য়েঁবদা ;
ঈরিক্লী ঈপাক্লী নহাক্তি,
শকলোন কয়া পুবীরহুনা
মৈরী থোক্লা চাক্লবা থম্মোইবু
ইংহুনবীবা ওম্বা ।
কংলম্বা উজাওসু
চোংথংলকই য়েন্নীং ;
থাবন করবা অহিংদা,
ইচিক হুন্নকপা তাংলোদা,
শৈথা হৈরবা শৈহেক্লা
অরাবা তারবা পোনগী
চেক্লা মহাকসু ।
তাম্বা পীরকই মথা থপত্লুনা
কাওখিত্লুনা অরাবা ;
ত্তাজনিং লেপ্তুনা ঈশৈ,
শক্লো ওসিসু হে ! ইমা ইশৈ শকপী
পোথাহুনলো ঐহাকপু,
ফহনবীরো থম্মোইগী লায়না,
চেনহনবীরো কংথ্রবা ঈচেন ;
লৈহোগনি নহাক্তি মালেম্না
লৈরীফাও ।
শোয়হোগনি নংতবু ইমা-ইমা
ইশৈ শকপী লাইরেম্বী,
য়েন্নীংথাগী অয়ুক্লা চিংথৈ
ফীরুক হাইদোরকপদা ;
নচা ওইবা কয়াবু হোদোকপীত্লুনা
য়ুমজাও চিথেক ৪ দা
য়াওহো ইশৈ শকপদো
করম্বু কাওসিগে নচানা ।
মুংশি পৃরৈ পুন্দুনা
শোম্নপুংগী ময়াইদা.
ক্লোরোগী থোগনবু তৌবদো
অশাওবা মহাকসু নেমথখি ;
ইমাগী নামিবা থোঞ্জেন্না........ ॥

# শিজনবীরমলে ইরান পুম্বা

শিজনবীরমলে ইরান পুম্বা, ইথক্লা পুবা ওন্নরোইদবা পোৎলুমদো ; থোংগৎপীরম্নে কোকথোং ওইনা তৌবা ওম্বা মহাক্না, অশেংবা ম্নাহৈনা হাইজরুই, থম্মোইমুংগী মুংশি মপাও, শেংদোকচরুই, থম্মোইমুংগী অমম্বা কাচিন্দুগী লাইয়ুম্বু। ওনশিনবীরক্তে মাইথোংফাও মাইকৈ ওাকপা মহাক্না, লুপা তাংগ্রা উদবনা লৌবীদে ইরা ১তাফাও ; হাপপিদে অচুম্বা নাপ্পদা মরীক চুম্নবা মুংশি ম্নাহৈ ; মুংশিবীদে মহাক্না কম্নারক হন্না মথোং থম্বাল শোক্লবমু। কাওথোকপীরকই নাকন্দা, তাম্থোকপীরকই মনাক্তগী, মীংনা শংনা য়েংহুনা অরোইবা ম্নাহৈনা লাওরকই ; মাবু থনবা মনাইনা অরেপ্পা মতম কক্লকই, শুগমু উচানলক্তা লোইথাবা, ৭ কী শেম্বা লোইপোং থক্তা থেংতবনা, লৌশিনবীদে কৎচবা ; হৈরাং লৈরাং কম্নাবু লানজথিদে ঐহাক্তী নোংমফাও কনাদা, অওম্বা মহাক্তদি হাইরুমু, মীহৌরুদে কনাগী মপোংগু ; পামজরুদে অরেম্বা ইকাদা পক্লবা লাইজ ইরিক ১ফাও লেকলুদে ইরৈনা। ইকা মাবু কীজবনা, মাংখ্রে লৈপাক্তী মকোইবু চপলম্বা রায়েন কাত্তি, হাপথিগ্রে লুকমাইথক্তা ; চপথিগ্রে লাকোইগুম ওাকগ্রে লুপাতনা থিংওেন ওইনা ; অচুম্বনা মতাইদা, অনৈবনা মম্নাইদা, য়েংখ্রিগ্রে মীংয়েংসু ; চৈরাক লোইশং অওম্বা........ ॥

---

# লাইরকোন্নী মুজা

ছাদা পলেম ইমাও ! পন্থৌ মাপী মঙ্গকন্নু খঙজন্থৌদে নচানা,
কনা লৈতেদো নমোমগী ইমা নত্তনা মালেমদা,
চংপিথ্রগন্নু ঙসিদি সনা কৈথেন পোংয়োনবা ;
ঙরাং খোমলেন মংলান্দা লাক্লম্মীনে পন্থৌদো।
লেপলম্মীনে ইমাংদা, চিংনা-চিংনা য়েংহুনা মীংলু পীরাং ইংহৌনা ;

কৌরম্মীনে ইমাবু নিংবা
কাইবা খোঞ্জেন্না ॥

চংমীন্নখিদো নবানি ঐগী খোমলেন মংলান্দা,
অঙৌবা ফিজোন শেংতুনা লাইরৈবাক্কী লমদমদা ;
কাইনা মীংয়েংনা য়েংলমই, পলেম নংনা নচাদা,
কপচরমই ঐহাক্তি ; ইদোম তরক ওন্না খোইনা
পলেম নংবু কৌহুনা ; মংলানগী পুন্সি ঙৈহাক্কুং,

অরাবনা লাংগোই চনলমই নচাবু
থন্থরুরগা রাথনসে ॥

পুঙমদেনে নচানা চেনলমইনে মাইকৈ খঙদা ইমা নংবু,
খিজবা ভাইকংগুম কোর-কোরহুনা ইমা-ইমা কপ্পমই ;
মোংকমথক্তা কংলমই, লৈগী খুজোক নচানা,
পলেম নংবু মুংশিবী নিংঙমদেদকো নমোম্না,
চংপিথ্রগন্নু ঙসিদি মক্ম কৈদন্নু নচাবু থাদোকলগা ;

লৈজবা ভুমলোইনে ইদোমত্না
লৈরাংগী মপোক্কীনে ॥

কীজেনে ; মেলৈ লাংলবা কয়াদো।
অকন-অথৌনি মহাক্তি, করী ঙমগনি ঐহাক্না তেমশিংনবা ;
লৈপাক্কী ফমনাইবা মঙোন্দা ; মনিং তমখিগনি মহাক্না,
শারাক তমখিগনি, নোংশানা শজি কাবগুম কাখিগনি
নমোম্বু ; কনা লৈতেদো ঙাকপীনবা ইমা নত্তনা নচাগী ॥

# নৈমৌয়শি অমতা ওইনা

ঙুংশিনশি ঐখোই পুন্বা
চংমীনশি লম্বী ১ভদা ;
ঙৈহাকী পুন্সিনা লৈরীঙৈ,
তান্নহৌরশি অক-ফংভা
তুংগী লনগৈ ওইনবা ।'
খানলমলশি ঙানলবা মৈরাবু
মফম খুদিং উনবা,
করী খেৎনরী মীওইবা
মালেম লৈকোইগী মঙ্গুংদা ;
য়েহেল্লোগী অঙনবা
চকী মতমদা
মীচং থাইরমদে তাইবংদা,
তুংগী চক কয়াদা ।
ঙুংশিনরমই মীওই পুন্বা,
তানরমই অফ-ফত্তা
মীওইববু কন্নবগীদমক্তা ;
গুরুবা গুরুং অতুগী মঙ্গুংদা
অরাবা কয়া নংথি ।
তমথীরবা শাগী মথুংতা ;
নৈহৎপীরমই মীওইবগী
পুন্সিবু 'মীহৌরোনদগীনা
মৈহোরোনফাও' মীওইবগী
মপোক্লা মঙান ফংঙ্গীফাও ।

কাওথ্রব্রনে পুন্নমক
ঙুংঙাইরবা অরারা কাওবগুম ।
অচৌ-পীশক থাইহনা
অশেং-অমাং খযহনা ;
চৈথন কয়া খনলীবা,
লোথোকখ্রে পুন্নমক
মীওইলক্তগী । পঙলবা
স্বাথনভনা খুনলিংলগদু
মালেম নৈমাইখক্তা ;
পীরগদু অপঙবদা পাওতাক
য়োংনা মপু হাৎপগুম,
হাৎনরগনি মালেমদা
নংগী থরাইশু মহাক্লী,
মপু ১ভগী লৈপুংনি ।
লৈরাং পরেং লেংবগুম,
লংজা ১ভদা লেংবীরম্নবা
মীওইবগী মপোক্নি ।
কনানা খ্রিষ্টিয়ান' কনাগী 'আল্লা'
কনাগী 'হীন্দু' পুংকোক
অমতনা পোক্লম্বনি ;
মালেমথক্তা লৈরীবা
অপুনবা পুন্বা ॥

# 'ওশিতগী লৈমাই নত্তে'

মতম কয়ামুকী মমাংদগী
শংহুনতা লৈরবা লৈমাইনি।
ওসি ঐখোইনা উরীবা
ঐখোইগী ইরৈপাক মালেম
পুন্নমকীদি স্বর্গনি;
মতম লৈবা খিবীক্তা
চংখোন্দুনতা উরীবা,
ইবুংঙো মহাকীদি; মনাইশিংগী
লৈপাক্কি অহাংলক্তা
তাওহুনা চৌংঙু ময়াইতনা
নোংখোং হাংবদি,
অইং-অশাগী চলা-ললাও
লাওরীনে। চলা ললাওলক্তা
লাইগী চাদা-নাওদা পোকপীরে;
তাইবং জীব কয়াবু শেম্বীনবগী-
দমক্তা মালিয়া কুমশিং
কয়ামুকী মমাংদগী নমানবী
কয়াগী মরক্তগী, নাইতোম
থোক্তুনা; অপান অরংলক্তা
তিনলিবা, নয়াইতনা
চিংশিনবীরহুনা
অচং-চত্তা তাইবং জীবা
পুম্ববু নত্তমবাকথক্তা;
কোনশিনবীরহুনা পুন্সিগী
য়ারী লীর লীরহুনা, নচা
শিংবু নাওকোনবীরিবা;
পোইরৈ লমদম লমমুংশি।
স্নাগী তাংবন নিংখিবী
ওসিগীতা অনৌবা লৈমাই
নত্তে; মতম কুইরবী
অতাংলৈ অমা কৌবা
মপু মহাকীদি য়ুমলেপ
কাজাও লিংনকম;
থৌজান হৈরবী লৈয়াংলেন
অচংবা পোকপী.
চৌংথৈ নংবু অপানবী ....... ॥

---

# 'লংলক্কা মংগী নণ্ডাল'

নোংদোন থক্তা ভানচুনা,
ময়াই ভাণ্ডবন ফমচুনা ;
ভাইবং পুন্নবু য়েংলীবা
মালেমদা থং-থণ্ড থেংনীবা।
য়োইমাইবদি তাণ্ডদাবা-তাওরোই
লাইদি অণ্ডানবা ; রাংবা
নোংথৌ পনগুপ্পা। পন্থৌ
নংবু অপোকপা ভাইবং
পুন্নগীদি অথোইবা! নংগী
থৌজান হৈরবা নণ্ডানলক্কা.
অচং-চত্তা ভাইবং জীবা
কয়ানা পুন্সিগী ইপাক
লানবদা ; ইফাং কয়াগী ইচেন্নু
অমত্তা ওইনা ইরোনম্নুংদা
পুশিনবীচুনা অচৌ পীশক
নাইদনা অশেং-অমাং
থমদনা অমকপা লৈত্রবা
নণুম্না কোরৌথক্তা য়েংলিবা।
শাংলিনে লৈরাংশু নণ্ডানলক্তা
ভাম্থোইরী অয়ুক য়েন্দা
অহানবা, চীংথৈ অপানবী
ইমাস্তু ; লৈনা-লৈনা
য়েংলীনে মীৎকম হোংবা
লৈতনা।
অশংবা ফীজোম্না লৈতেংচুনা
থোগনলী ; লৈমা শীংদা
চন্দুনা, লংলবা নংগী নণ্ডাম্দা

---

# ‘অথৌবশিংদা’

অকাউ-পরৈ চনখ্রবস্থু,
লাঙওন কয়া ঙনখ্রবস্থু,
কুমওন কয়া চংখ্রবস্থু
মালেম লৈমনা লৈরীফাও,
মৈতৈ অথৌবা কয়াগী
মীংলেনদি, করম্মবু
কাওগনি। অথৌবশিংগী
থরাইনা ইমা লৈবাকপু
কন্নবা, অঙকপা শক্তমগী।
মরক্তা কীথিদেনে কনাস্থু,
লানবুংতুদা হনথিদে
থোঙফম ১তাফাও ; নীংহন্নথিদে
পুরক্টাংস্থু পাথি লাম্বা
বৃটিশকী মাইয়োক্তা মৈতৈ
পাঙগনবা অথৌবশিংনা।
থন্নাই খুবাক্তা হাপতুনা ;
হীক্রা হীক্রা কপলম্মী
ইমা লৈবাকপু য়েংলগা,
মীংলু পীন্নাং ইহৌনা ;
শৈথারমই হাদা ইমা।
মনিপুর করম্মবু য়েংশিগে
ইমিংশিনা ; হকচাংস্নুংদা
চেঙানা লৈরীফাও,
শিংলিদা অঙাংবা ঈনা
চেনলিফাও,
শীংলন্নগে লমন ইমা
নংনা পোকপীবগী।
নচা ওইবগী তৌফমথোকপা
ইথৌনা ; চেনলরোই থোংফম
অমতফাও লৈছনা লানফম
শিদগী নচানা ওমজবা
থরাসে, কংচরম্নগে ঈগী
লমমন ঈনা ! শিং লৌশিনবীয়ু
লৎনদনা, হাদা ইমা !
অপোকপী। মীংকী পীনা
লীক্লাং ওই, হুকচরমলগে
তৈহাকথক্কী মীংকুপনা
লৈরীতৈ ; অপেনবা ওইবীযুকো
ইমাগী। চংলগনিদো ঐহাক্তি
ইমা নংগী নতম্বাকথক্কী,
উররোই হয়েংদি ইমাবু ;
অরোইবা য়াইহীপনা তানখ্রবদা
থোক্লরোই মীংকপস্থু,
তাইবঙলক্তা পীনবীরো
হে ! ইমা লৌশিনবীরো।
নচাবু পোকপীথিবনি ইমানা
মৈতৈ অথৌবা কয়াদি।
ঙসিদি নীংশিংলী নন্না
ওইবা কয়ানা, মুংশি খুদোন
তমজন্নী, লৈরাং খুজোক চাইতুনা
নিংশিং মুক্তি কয়াদা........ ॥

# 'মৈতৈগী হৌরকফম মনিপুর'

হে ! ইমা মনিপুর মৈতৈগীদি হৌরকফম,
হাদা লৈরাং লৈমুংশি, ভারতকী নোংপোক্তা শাংলিবী
নাইতোম শাংপী শিংতেলও ইপুনলোইগী (ঈশ্বরগী) তুংনফম,
নংগী থোজাল হৈরবা নভম্বাকথক্তা নচাশিংবু
কোল্লীবা ; কনা লৈতে নংগুম্না, মালেম (পৃথিবী) লৈমাইথক্তা
য়াওদে নংগুম্না শকুম রাংতা-পাদা নরন পুম্বা পীবীরম্লুনা
মীওইবগী পুন্সিগী লম্ফাং কয়াবু তাকপীরম্লুনা, ভাল্লবা
মৈরাবু থানবীবা পাওতাক হৈরবা পোরম কয়াবু শিনবীরম্লুনা ;
মপুগী শকুম কয়াবু তাকপীম্লুনা, হৈরবা শিংলবা খুংশেম্না
রাংতা-পাদা পীবীবা, লৈরাংলকতগী মৈতৈ পোকপীনি ;
তাকপীবা নংগী শকুম উবদা অউবা কয়ানা কল্লকই
ঈংনা তপ্লবা মীমুংশিনা চীক্লা ভাল্লীবী থাবল-ও !
থেঙলবা অহিংগী তাংলোদা নোংপোক থংবা চীংদোলদা
য়াহৌ ঈশৈ শকলম্লুনা নচাশিংবু হৌদোক্লীবা,
রায়েল থোদা কয়াবু তাকপীরীবা হকচাংগী কাংলোন
চুম্বীবা ; নোংপোক চীংথৈ ভাংলকপদা ইমাগী
শংবান্নরবা মচুনা কোইরোহনববু থৌগনবা নংগী
নতৌ উবদা অশাওবা মহাকসু নেমথখি ; চুমথাং
৭ কী মঙালনা মঙাল ৭ না লৈতেংবী হাদা ইমা !
মনিপুর, পলেম নংবু অপোকপী কংলৈবাক
লৈরাং নংবু লৈপাক্লে ।

---

# শেংলবা অয়ুক্তা

পোইরৈ লমদম লমহুংশি
কনানদি ঙাংনৈদো ;
চাইনা পুংনি কংলৈপাক ।।
মীহোৎরোনদগীনা ঙসিফাও
পীকচরবস্থ মনিপুর ;
অচংবা পোকপী ইমানি
মালেম লৈকোই মহুংদা,
ভারতকী নোংপোক
চিদাইদা ; নোংদোন
খেৎনা পাইরীবা
মচু ৭ কী ফীরান্নী ।
অতিংকোক মপু মহাকীর্তি
শেরো লময়াই গুইবীবহুনা ;
অকবা মরু ছনবীবদুনা
ইমা ৭ পু পোকপীবা
হায়া কংলৈ ইমাও ।।
পোইরৈ কৈদম্ব চংলুরে,
মকম কৈদম্ব থুংলুরে,
লৈরমদেনে ইমা মংঙম
মালেম লৈকোইগী মহুংদা ।
ইংনা তপ্পবা মীহুংশি
খঙলবী মংগুম্বী
চানবী হৈববী,
য়াওরমদে নমান্নবী কয়াগী
মরক্তা. লৈরমদে ইমাগুম্বী
মালেমদা ; খঙ্গোইদগী
চেনথরকপা ইচেনশিনা,
কৎচবম্লগে ইমাগী খুয়াথাদা
শেংলবা লৈচনভনা ।।

---

# 'খুগৎতুনা লোইরোইদো'

পুন্সি চুপ্পা খুনগৎতুন্না লোইরোইদো
ইমা নংগী লংলাদি,
লোথোকপগী অরোই অথম লৈতেদো
শৈথা হৈরবা কনানা ;
লেংথ্রবসু মচি লেংত্রি ; সাহিত্যগী লৈচনদি ।।

ওসিসু চিংথৈ ফীরুক মরুমদা
হায়দোরক্রী সাহিত্যগী লৈচন্না,
থোংলি নিংবা কাইরবা শক্তিনা ;
মরু কোক্লবা চিংজাওদা. চিংনা-চিংনা য়েংলগা,
মহৌশাগী চীংদোন্দো ওইরমত্রে ওসিদি ।।

হোংলত্রে শক্তমসু, ইংনা নিংথিজরবা তুংনকম ওইরম্বা
লৈরমত্রে ওসিদি মীয়ুংশি ;
পীরমত্রে চংজকম, লাইবক থিরবা শক্তি ঐগীদি ;
অরাবনি পুন্সি চুপনা,
রাজরী মীরক্তা কনাগুম্বা অমসু ।।

মদোম চিক্লা কনা উদা ; কপচরি থেংলবা অহিংগী
থাবন ইপোমলক্তা, লৈহাও পাম্বীতুগী মথোংদা
লোল্লী চোইরোনসু মুরুম-মুরুম ;
শাম্নরী মদোম চীক্লা কনাগনো থওদনা
থেংলবা অহিংগী তাংলোদা ।।

---

## 'কুপশীনগ্রবসু মহিনা'

কুপশিনগ্রবসু লৈচিল্লা
কাঙ্জিনগ্রবসু মঙানবু ;
মমিদি তারী
ইতিহাসকী লৈমাইদা ।
হৌগ্রবা মতমগী খোংলৈ
কংলৈ ইম্ফাল ইয়ুমনি ;
চীং-তমগী হৌরকফম
কংলা শুরুং অথোইবা ।
ইপা ৭ কীদি মরাংয়াই ।
পীনবীরম্নবা চাকথুংনি
অমা কৌবা মপুনা ।
নাইতোম শাৰশিনি শিংগ্ৰেী.
ভারতকী নোংপোক
থংবা মাইকৈদা ;
নোংদোন থকী স্বর্গগুম
মপু মহাকী শানফম ;
লৈনম করানা তিনলবা
মৈতৈ পোকপী ইমানি,
কাওরব্রানে ওসিদি ।
কুপশিনগ্রবনি থন্দুনা
উরয়োই হায়বগী মতাগুম,
চৈথনদুগী য়াংমা লানথর্জি
শিংওমলয়োইজ্রা ইমাগী,
থোমজাংগী লম্ম ।
অঙাং মরা শুইরিতে
থজাই মাক-নৈং চুপতুনা,
মতমবাক থক্তা পমলগা
শাম্মা পাঙ্গন চাওনবা ;
লৌশিং মপুং কানবা
তীং-তীং চাওরো,
মুমিংনা য়াংবগুম য়াংহোরো
পারী নংবু ইবুংঙো ;
ইথোম নংবু চৈয়হন,
থাজা মানা মেংবগুম মেংহোরো
মাওতম ইশৈ থজুনা ।
য়োকপীখিবদো ইমানা
কাওরব্রানে ওসিদি ;
ননিং অম্নবনি থন্দুনা ।
মীরাইরব্রানে ইমাবু
কাওগ্রেদো ; মৈতৈ পাঙ্গনবা
করানা ।।

# 'অল্লাবতা শরুক ওইরীবী'

কালেন থাদা শাংলিবী,
হাংলবা লবুকী লৈক্রকলক্তা
শারবা মৈশাবু থাংখিবী ;
লবুকলৈরী লৈনুংশি
লৈরাং নংবু লাইবক থিরবী
য়েক্লবতনা লাংগোই চল্লবী,
কনা অমগী মপাম তাংজবা
কংদনা পুল্লি থাংডুথক্তা
মাংলিবী, লাংগোন য়োংলমদা
কাংলতুনা খোইগ্রাং খোংথাং
ওইরীবী ; নোংমতন্ত অল্লাবা
থিবীকপু উংথিত্রবী তকুপ
তবেড লৈনানা, লৌরী য়ামবা
মানজবু উরুম্মা থম্মোই
তেংথা য়াকংচা ; খুইথরবা
পান্বীনা মালংবগী শাহুম
ফংবদা তেংথা নাওরোই।
থাংজনা উফুল্লক্তা কেমলীবী
লাইবক থীদকো নুজাও !
নুংডাইবা শরুক থুংত্রবী
লৈরাং ওইবগী নোংমতন্ত,
নমান্নবী কয়াগীমরক্তা
তীনত্রবী।

কনাগুম্না নাপ্পাসু, লৌচিত্রবী ;
ইডাথা ঈশিং পারে
ইরোনতুংদা ঈতিংবী তাক্না
চান্ম-চান্মগী মৈচাক্তম্না
অরো-নাহে চম্পূনা, থাবগা
কালেনগী মৈশালক্তা পুন্সিবু
লৈনলীবী। নোংমতন্ত কনা অমনা
শিংথাত্রবী লবুক লৈরী
পীদোনলবী, লৈশক ১০৮ গী
মমুংদা চন্দ্রবী লাইরা
কোনগী মুজাও। থাংডুথক্তা
পুন্সিবু কেল্লীবী, লৈরেংবী
কম্মানা নোংমতন্ত ; য়েন্দাইদা
হাপতুনা মপুগী লৈমাংদা।
লৈরাংত্রবী লুকমাইথক্তা হাপতুনা
লৈরোং লাইদা কংত্রবী,
কনাগী মকাদন্ত লোইলম শিংথোং
ওইত্রবী ; পুন্সিচুপ্পা লাইনিংতুনতা
মালেম ইমাবু খোগন্নুনা,
পুন্সিবু কথোকখ্রবী
লবুক লৈবী লৈনুংশি॥
(লবুকী লৈরী লৈরাং অমা।)

## 'করমনবু তমশিগে'

থেংনরুরে ওসিদি, তাদুনা লৈরম্নে লৈমাইথক্তা
শুমচারবা চেনাশিং ; মুংলমগ্রি ময়েক্তি. তারমবা লৈইগী
পোলাংশিং, হাপ্লন্মী য়েন্দাইমুংদস্ু লৈখন শুনা
তংলমগ্রি লৈরাংগী পরেংস্ু ।
নিংথাইরমগ্রি লৈগী শৈজাস্ু, খোল্লন্মী মচু-মমেক্তনা
চেনাদুগী চেথক্তা, অরিবা শক্তমতগী লৈনমতনা
হাইদোলুবদা চেনাদুবু, পাইখোরকথি মৈতৈ লৈরাং
লৈনমতনা,—মুংশিরবা লৈহাও লৈরেনগী মনমতনা ।।
লৈনম কয়াদি মাংওমগ্রি ; মীংচৎনা উরোং খিনলম্বনা,
শক্তমদি মাংখ্রে, কংদুনা তেকখ্রে. মশা-মরেং কয়াদি
মীরৈপাক্তী শাগাই ওইবদা, তুমখ্রে পুন্নমক কাক্তীগী
চংখোনলবা মতম ১গীদি মুংশি রারী ।।
তারী কাইরবা, চেক্তুম মুংদুমদি নীংবা কাইনা কাইনা ;
উফুল হোরবা লৈমাইথক্তা, কনানস্ু থাজরোই মনিপুরগী
কোন্নুংনি হাইবদা ; অদুবু নীংশিংলুরবদি, তাথি থওহোদনা
মীৎতগী পীরাং লেপ্পা লৈতনা ।।
মরুকোলবা নরসিংহগী, অরাং থংবা শল্লখোংদা,
কাইরবা ফুরাগী শক্তমু উবদা, থওহোদনা তোপ-তোপ
তাথি মীৎলুগী পীরাং উরুবদা নোহোনা
পোক্লকই অরা চৈথেং ।।
চহি ৭ খুনতাকপা, থরাইবু খুবাক্তা হাপতুনা ইমা লৈবাকপু
কম্নবা ; অথোবা কয়াগী খোনলাও তারগা
নীংশিংলকথি নোহোনা ।।

# পুনসিগী ঈপাক লানবদা

পুন্সিগী ঈপাক লানবদা চোকখরেনে হকচাংসে ।।
পনখুংকমসু লোদরী হিখাকমসু খঙদরি ; মাইকৈশিংনসু
আকঙমদরী । পুরী মতমগী খোংলৈতুনদি, ঈমাইথক্তা তাওবা
কোংগোনগুম মকম খঙদা ঈয়াইদা, তাওরী পুন্সিগী-নৌ
পাইতুনা........ ।
হোল্লী লৈপ্পা মৈতনা, তাইবং ঈপাক ঈয়াইদা,
শক্লী ঈশৈসু নোনা তান্থা পীরতুনা ইপাং
কনা য়াওদনা ; পুরী পোংলমসু কোকথক্তা পুন্সিগী
পোরেপকম তোর্ব্বান্দো য়োত্রিফাও । শকখিগনি লেপ্তনা
হোনখিগনি পুন্সিগী হিনাও ।।
অয়োইবা মতম মহাক্না লাকত্রিডৈ, থৌরখিগনি মকম খুদিং
কোইতুনা, য়েংলুখিগনি মাবু লৈত্রা হাইতুনা লৈকোন
খুদিং চংতুনা ; কেনলমলেনে লৈরাংদি, ঈমাইথক্তা ;
অহিংগী লীক্লনা চোংলিডৈ, তিনগ্রে লৈনমসু নামিবা
সুংশিংকী ঈপোমলক্তা ।।
ডাইরমত্রে ঐহাকপুদি পীরম্নী অবাবদি ; থরাই য়াওত্রবা
খুইথরবা ঈমাইথকী লৈমন চনলবা লৈরাংনা ।
পুন্সিগী ঈপাক লানবদা, লেপ্তনা মীংকুপ খুদিং,
নিংবা কাইরবা রাহংনা ! লোহোকত্রবা খোঙ্গেম্লা,
তোর্ব্বান রাংমা রাংমগী রারী ।।

# কাঙ্গলাগী নুংশিং মাম্মীবা

কাঙ্গলাগী নুংশিং নাম্মীবনা !
পুবীরক্লো নুংশিগী মপাউ
নুঙ্গা শান্বী ঐহাক্কী ইকমদা,
তম্বীররো চক্কপীরেন হৃপলো
পুম্নমক হাইদোকুনা নহাক্না।
লৌবিররো চংথোনবগী মানঙ্গ
মহাক্কী, খোইথুমনরবা লাংবন
খোইগী খোঙ্গেনশু ; নুংশিরবা
য়ারাদো। ভাঙ্গমাদা কোকচগে,
অয়াবা কোংগাই থাংজগে ;
লাইবকলীবী মঙ্গা ওইখিবনা,
লৈরাংগী মপোন্থা পোকখুবনা
পলেম পম্ভোগী চেক্লাক্না
কনখিবনা, পোক্পা য়োকখী চেক্লাংগুম
ইনিং তমজবা ওমদে,
নোংমতম্বু ঐখোক্কি মঙ্গোই
নুংদদি চাক্লীদো ; চৌংঙাও
কোনবা লানমৈনা ওনরুম
থওজরবা শজিম্নম। চেনজরুবগু
মাইকৈ থওদা থংলমগনি,
শাদানবা মহাক্না ; নাম্ভোকচবা
ওমজরোই লাংদগী, পাঙ্গল
শোনবী নুংজনা অরেম্বদা
মাংখিগনি কেনজরুকা থৈমাইথক্তা
নুংশি মপাউম্বু তাহৌবনা,
পাম্মুবগী শক্তমম্বু উহৌদনা ;
লমাথাংদা কেনখ্রগা লৈরাংনা
লৈমন চলুপ্পা, থৌগনলোন
থওদবী তাখিনি। লৈকাই
মীনোক ওইরগা লৈপাক
পুংজাও খিনখিনি ; ওক্রবী-
শিংদা চনজগা শাগৈরুগী
মীংচৎ খিহৌনি। ভুংগী
থনদবী তাহৌনি য়াথোক
ওইখিগনি লমহেনবীশিংদা
চনখিগনি ; নিংশ্মাও তেম্না-থা ;
মুপী ওক্লী মপোক্নী। তাইবং
পানরদগী মহোংলবী লৈরাংগী
পুন্সিনি ; মীৎকুপ ন্নাহুম
শোক্লবদা পুন্সিবু লম্নথাংদা
মাংখিবদো পামুক্লেনে ;
পোম্নশাংনবা লৈরাং ঐগী
পুন্সিসে ॥

# হৌগ্রবসু

ছৌগ্রবসু মতম্না চংগ্রবসু খোংলৈনা
কাউগ্রবসু থোৗদোকশিং মতমগী
ঈচেম্না
কনথিবনা জাংওরশিনে ঈমাই ইদোম
তরক, হি হোন্দুনা মতমগী ঈচেনলক্না
খেংনরুই, ঈমাইদা মুপাং
য়াওগ্রবী নিংবা কাইরবী কুনাঙগী
অমসু ; খুংতা লৈগী পরেং
পাইহুনা। নোৗহোননা য়েনিং-থাগী
অয়ুক্তা ; ভোৗরুনবা লৈচিন্দুগী
মরুমদা, নিংবা কাইনা-ক্যাইনা।
মচু কয়াগী লৈশকপু উরুবুগা.
পুন্সিগী রারী ; কাইনথ্রবা মহাকপু
কোৗরহুনা অহাংলক্কা. মদোম্ভরক
লেপলহুনা ; ঈমাইথকী থম্মাল
কোৗবী লৈরাংদা। হংলম্মী মপান্ড
কয়াবু হাদ্রা লৈরা· থম্বালও !
কোৗরৌগী মঙান ফ্রুংবদা লৈক্লা-
ফম্না শাংলীবী ; হাইন্না হুম্ম
মালং নাম্মী মুংশিংলক্লা।

লৈমন কয়াবু য়েনলিবী, কাইনা
মৈশা লাংগ্রিবী ; অরা পোৗংলুম
পুগ্রিবী। মুংশি মশক থঙগ্রীবী,
কাইনা শীরাং তাগ্রিবী ;
লৈমন চগ্রিবীও ! লৈকা কম্না
শাংলিবী। ঈমাইথকী থম্বানও ;
অঙাওবা, ইহৌগী শাফু নংগ্রিবী
নাপন কৈদকো নহাক্তি।
লাক্লী ঐহাক্তি, ঈহোৗরক্লহুনা
লুম্লবা ইপোৗংতুনা হিঙুং থম্না ;
কাইনা রারীতনা অহাংলক্তা
তাউহুনা। থীরক্লী মফমকৈদা
লৈত্রা হাইহুনা পুরক্লী মুংশি
খুদোনসু ; লাইনিংলহুনা মাতগী
শক্তসু। ইমাংদা মমী
শানথ্রবা নিংশিং শক্তমা,
নিংশিংহনলী মিংকুপ খুদিং ;
ঙসিগী ঈচেনলক্তা তাউহুনা ॥

## য়াওশং নিদকো ঙসিসে

নিংশিংলকখি নৌহৌনা লমতা থাগী থাজবু,
ঙসিগীদি থাজ মাবু উবদা. থবল ফরবা অহিংদা
ঈংনা ফজরবা ইচিক হল্লবা তাংলৌদা ;
কাইনথ্রবা মহাকপুস্থ নিংশিংখি থম্মোয়রগীদি লৈকোলদা
রাশক পরৈ পুন্নথিবা ঙাইজরকপা লোইদাম থাজনি,
শাবী-শানৌগী ঙাইনা থা লমদম তাম্না লৈহৌরবী
মহাকপস্থ নিংশিংই ; থাজ-মাগী মতৌ উরগা
পোম্লম্বা লৈরাং কয়াস্থ শাংকাইদো থাবলগী
ইপোম্বু উবদা, নাইতোম তাহৌরবী উরীরৈ.
য়েৎচনিংই মনাক নকপা উপালদা য়েনিংথানা
ল্যাকপদা, মালেম ইমাস্থ নৌথোকই মপু মাগী
লৈমাংদা শাথেক হৈরবা ইপোম্না কল্লকহল্লী
মতৌদো. য়ুমথোং খুদিং হরাওনা অরৈবা
পুম্বা কৌথোক্লা ঙমাং ময়াই শিহেন পুং. (ভুলাশিপুং)
খুংকা খুংকা পালোইনা পম্থৌ মাগীদি শোনপুং,
নিংথোরেনগীদি পোক্লখা লমতা থাগী থাবুম্নি
শৈথা হৈরবা মহাক্লা খুলং ঈশৈ শক্লা থা পোম্বী মহাকস্থু
মুংঙোল্লী কাঞ্চীপুরগীদি লৈকোলদা, শাথপ তোইনা
পাইনিংই ; লৈকোল খুদিং য়েংনিংই য়েম্লীংথানা
লাকপদা, মীপুং খুদিং পুক্লীহু শাবী-শানৌ কয়ানা
ঙাইজরকপা থানিলনী থাজ মাগী মতৌ উবদা,
শোল্লম্বা মহাকস্থু কনথংখি রারী শিংবুল তাবদা
পাওতাক হৈরবা ইপুথৌ ফমমেল থক্তা ;
ফমহনা ; অঙাংবা মচুনা লাইবক্তা নম, মপাপ কয়াবু
কোকচৈদো শেংলবা থাবলগী মঙালদা নিজহৌই
পুন্সিবু থাজ মাবু য়েংলগা, অহন নহা থাক্না
লমতা থাগী থাজবু উবদা ॥

## ‘হন্থনা য়েংবিরে ঙসিদি’

কপচবী:দো ঙসিদি, নিংবা
কায়রক্স থরায়না ; য়েহেল্লৌঙৈগী
রারী-শিংবুনবু নিংশিংজ্রবগা,
পাম্বুরকই ইপোংতো মীপোং
ওইখ্রেদো ঙসিদি ; অরাবা
কয়া খাঙহনা, চীনবান য়ারি
কণ্ঠহনা, পুন্সি-পোম্বা
ওইহনা য়োমশিনবীরম্বনি
থীজিদা। তাক্লম্বনি মহাক্না
কনা উদা থমজীনলুকো,
পুন্সিগী মীংশেন্নী
কাওগনু। ময়েক লারবা
মচুনি মাঙখিগনি,
তাখিগনি, চ্যেকশিল্লু।
পাউরৌ কয়া তাক্লমই,
মথোনা লৈরবা ঈ-দগী
হৌরকপা ইপানা।
লাংবীরমই পোংলমশিং
লেন (অথোইবা) ওইরবা পোংশক্না
অনান কমকম মনিনি।
মঙম কয়া চংহনা,
থোনলয়বা লমবেল্লী ;
চংখিগনি শমবোইদো,
চাখিগনি শকনৌ ইম্বাং
মথেন লুকোইদা॥

# 'কায়নরমদাই মীৎকুপ্তা'

অরোইবা মতমগী মীংকুপ্পা
লাক্লবদা ; থরায়গা হকচাংগা
থায়নরমদাই থাম্বী মৈনা
মৈরাইরক, ঙৌবীরেন
পাখংবনা ফম্বান থক্তগী
কুমমদাই ; চেংঙানা
থম্মোয় লৈকোন থাদোক্লমদাই
লৈন্নুং লোঙ্গা পাখংবগী
নাক্তা চৎলমদাই, থমন্নুং
শাবা-তানলমদাই অমু
য়াইথোং কুমমদাই।
প্রিথাইবী ইমানা মাংদা
লেপ, পলেম শক্লা
নাওকোনলীঙে ; ঙৈহাক্তংগী
মীংকুপ য়েংজরকখিগে,
মালেম্বু কোইবী ইমাবু।
কোজখিগে পম্থৌ ইপাবু,
হাদা থরায় নংবু চেংঙাও !

তিনথিগনি নহাক্তি
হাংলবা মালংগী ইপোমদা,
থাদোক্লমলগনি কাইদোংফম ;
মল্লবা হকচাং পোলাংবু।
অরোইবা মতম্না লাক্লবদা
লৈরাংনা লৈমন চনথ্রবদা ;
হকচাংনা লৈমাইথক্তা তিনথ্রবদা
কনাবু উররোই, কনাবু
নিংলরোই, তাইবংদা।
থুমগৎখ্রগনি লোইবী চীংস্থু,
লাইজ মানা ইরাইরক্লবদা ;
কনা লৈরোই তাইবংদা,
থরায় মাবু ফাবীবা ঙম্বা।
কাইনরগনিদো ঙসিদি,
হোনলরোই তাইবং ঈপাক্তা
হিরেন মহাকস্থু ; লুপথ্রগনি
ঈরোন স্নুংদা, লৈমন
চনলবা থম্মোইগী লৈকোন ॥

---

# 'পোনগী চেক্লা'

পামজদেনে করিস্মু খুৎশেমগী ফজবা পোনম্নংদো,
লৈজনীংদে মীৎকুপ অমফাও হিংচা ময়াইতম মরক্তা,
মীহৌদে স্নাগী জিংজুর ; হৈননিংদে তাইবংগী মরোন,
অকিবতনা থল্লবা, নশাগী কান্নবতা য়েংলীবা
তাইবংদা, তিঞ্জনিংদে ইনিং-ভম্না পাইজনিংই হাংলবা
অতিয়াগী মকোইদা ; চাক্তানিংই ইপাং লক্তা,
লোঞ্জনিংই চেক্লাগী মরোন ; শোঞ্জনিংই মীৎকুপ খুদিং
কাওদনা ॥
মালেম্মু শেম্বীবা মপু মহাকপু, পাইজনিংইনে মঙানলক্তা,
য়েংজনিংই মহোশা কোবী লাইরেম্বী ইমাগী খুশেম অশংবলক্তা,
শান্নজনীংই ইনিং-ভম্না য়েন্নীং থানা
লাকপদা ; উকৈথক্তা তোংতুনা থোংজনিংই ইথোপোংনা
চন্দ্রনদিগী তোবর্ব ান্দা ; লৈহাও পাম্বীতুগী মতোন্দা,
হাংদোকপীরোনে পোনগী থোং, থাদোকপীরোনে
ইথোংদগী য়োংহ্নিং ; কোরক্লেনে লৈচিনলক্তা
কায়নহৌরবা পোম্বী মথংলেন মহাক্লা।
চৎথিবা মাইকৈ য়েংতুনা ; মীৎলু পীরাং ইহৌনা,
স্না থোংনাং মতোন্দা, মুংশি রাহৈ কয়ানা খুৎলাম
তোইনা কোবক্লে নিংডমত্রবা থোঙ্গেন্না
তেংথারক্লে হিক্লা হিক্লা কপ্লতুনা ;
করম্নবু থাংশিগে পুন্সিসে নংগী পানলবা স্নালক্তা
লৈজনিংদে স্নাগী তাংবনথক্তা,
উজনিংদে মীংকুপ অমফাও ; চাজনীংদে অহাওবা
ইপাং কনা য়াওদনা ; খুৎশেম্না মুনলবা হৈরাং,
তাজনিংদে নংগী নাপন কারবা রাঙাং
চেক্লা ঐগী নাপ্পদা ॥

## 'চংজনিংদে লাইয়েংশঙ'

চংজনিংদে লাইয়েংশঙ, উভনিংদে নাপন কারবা মহাক্তো ;
খোশাবীদে কানাবু নোংমতম্ম মহাক্না. মীংকপ
মীরাওখোনতনা থল্লবা ফীভম কাইববা শকল্না.
চবাইথক্তা ওন্দুনা অয়ো নাহে চন্দুনা ;
পুন্সিগী অরোইবা ঙাইবদো য়েংজনিংদেনে
মী·কুপ ১তা, ব্রাকংলুবস্মু ঙমজদে অঙম অথৌ কয়াদা ;
পা·ভ্রবা থরায়নদি তেংথাজরী, মীমাম্নদেদকো
মীবক্তা ; কনা লৈতে তোল্লবগী,
লাইয়েং শঙহুগী মমুংদা চংহৈদে লাইরবনা.
মকমদো লেপহৈদে ঙৈহাক্তফাও পন্দুনা ; মীংচিনফাও
য়েংনিংদে, নিংথৌ মচা নত্তবনা।
৭ কী শেঙ্গা কংতবনা ইদোমতা তাগনি
ইফুল্লক্তা ; লৈমন চনলবা হকচাংবু
চৈবীরমগনি অমুক হয়া. ইপা·ইপু পীবননা
ইকাইবা পীবীরমগনি, পুংজাগী মুংঙাইতবগী মথক্তা
মুংঙাইতবা ; হাপ্নীরমগনি পোংতোক ওইনা
বাবুগী রাঙাং কয়ানা, তাম্হোকপীরকনি অথুবা
মতমদা ; অহিং-তাংলৌ অথেংবা ইচিক হুনলবা
অহিংদা ; কপ্তুনা থাংলি ইদোমতা শমন্দুগী
মমুংদা ॥

---

# রাংজিং তুরেল

হে ! ইমা রাংজিং তুরেন
নোংপোক নিংথৌগীদি ভালোই ।
থৌনাওবনগী চিংদোন্দা নোংপোক
হারম ভাক্লীবী ; নংগী লুপ্নবা
লাইজনা. অমুক অঙনবা
নোংদোন লিক্লানা কংত্রিভৈ ;
কোরৌগী মঙাল্লা লাকপদা
নমান্নবী কয়াগী মরক্তগী,
অহানবা থৌগন ফংলীবী
মপুগী খুয়া শোক্লিবী ।
তুরৈ তুরেল পাং পুখ্রি
কয়ামুক্তী মন্নুংদগী অথোইবী ;
অরাবা তারবা কনানা.
তোর্ব্বানথক্তা লেপ্তুনা, ইমাগী
চেংলৌ য়েংজবদা ; ভৈহাক
মীৎকুপ মুংঙাইজৈ । নংগী
লুরবা লাইজবু ঈথৌলাংলবা
কয়াবু, ঈরিক
থরভং ফংজখিবদা
কোকচখিদো অরাবা । ইমাগী
শেংলবা থোল্লাংনা,
কনবিখিদো অরাবা মৈশা
লাংলবা ; হাপ্লীখি থৌনা
চহী ৭ তুমলুরবগী মতুংদা
ইনৌ নৌনা মনিপুর ।
নিংথৌ গম্ভীর সিংহগী
কংলুরবা ঈচেনবু চেনখি
শিংলিদা, ইমাগী শেংলবা
ইরীক্লা । হৈয়াং লোকী
তোর্ব্বান্দা, লোকলাওবুংগী
চিংদোন্দা, ইমাগী নভৌবু
য়েংবদা কনথংখি পাঙ্গল ;
মৈভৈচা অরা-মৈভৈ
লানকমদা । পীনবীখি, ইমানা
রাইক থৌজান গম্ভীরসিংহ
নিংথৌবু, হাপ্লীখি পাঙ্গল
য়েক্লা পাম্বোম ভান্নবদা ।
অরাবা লৈখিদে মমা নিংবা
মৈভৈনা, শিংথাবিত্রবস্থ
কনানা ; কাউথোকপিশ্রবস্থ
থৌদোকশিং লৈরীনে ঈচেন্দি,
চেম্বরী মুংফোথক্তা থেক্লা
কোইনা লোক্তাক তন্না ।
ইপুননিংছুনা মৈভৈ লক্তা ইরৈমা-
শিংদা চন্দুনা, হে ! ইমা
রাংজিং তুরেল ॥

---

# ওইনচাওবী লৈরাং-ও

চীংগী লৈরাং লৈনুংশি
থাবুম্ন খুদিং শাইয়োনবী,
থাবুম তরুক কুমথাইবী ;
হাদা লৈরাং ইকাইখিবী
ওইনা চাউবী ঈঙেনলৈ।
হেকথিগনি হাইদুনা কীহনবা
অঙম্বা চীংগী মুংগ্নাইরক্তা
শাংপ্রা, শুনশেনহানা উথিগনি
থন্দুনা। অমুকপা লোকনুংদা
থুপ্লপ্রা ; হুপ্লিরেম্না হমথিগনি
নিংদুনা, ঙ্কজাঙ্গী মুকম
তাংব্রা ? কোরোঙ্গী মৈশান্না
ফুথিগনি মীপাইব্রা, নদোম
চিক্না শাংপদি কেনথ্রগা
লৈমাইথক্তা নংগী অপেনবা
ওইব্রা ? কনাবু ঙাইনা নীংজব্রা,
অমবু লৈব্রা ?
রাশক পরৈ পুনখিবা,
হাইনখিবা মাওব্রা, শেংলবা
তুমলৈ-ফুক্তা, অথাঙ্গী
উমংলক্তা, নদোম চিক্না
লোংলিব্রা ? অঙাউবা নোংলৈনা
হমথিগনি থন্দুনা পুন্সি
চুপ্পা লোংব্রা ?
লৈরাংনা লৈমন চনথ্রগা
লৈমাইথক্তা কেনথ্রগা, নংগী
নিংজবা থুংব্রা ? লৈচনলক্তা
তিনথিগনি ইকাইবনা, মাইথোং
ফীরুক থুমব্রা ? মতমগী
অঙাওবা খোইমুনা, লৈহী
চুপথিনি কীজব্রা ? নিংবা
কায়খিবা লৈরাং, লাইনিংদুনা
ঈঙেন থাবু ঙাইব্রা ? শোকথিগনি
পানথিগনি রারোব্রা, কনাগুম্বনা
থেংথ্রগা ? নশাইগোনবু থাদোক্নি
রাজব্রা, রাহৈ কান্নন
চনথিগনি থন্দুনা ; তমদা
কুম্বা কীব্রা ? তোবা ঙম্বী
তমগী লৈরাং শিলহেনবীবু (তুলসি)
ইকাইব্রা হাম্বা, চীংগী,
লৈরাং ! ইঙেনলৈ ইকাই
থিবী লৈরাং-ও ॥

---

# নুংশি মৈচাক

ঙুংশি মৈনা চাক্লবদা
খাম্বী মৈনা মৈরাইথ্রবা,
মৈশা লাংলবা লাম্মৈগী
মৈরীনা ফুবদা. খুইখরবী
লৈরাংগুম । হাংহৌরবা লৈমাইথক্তা
চাকখোল্লবা ভাঙ্গোইনা ভাবগুম,
নিংবা কায়রবা খরায়না
চংখিবদো । থেংলবা অহিংগী
তাংলোদা, থাবন ফরবা
লৌবুক্তা , ঈচিক হুনলবা
তাঞ্জাদা কনা উদা নদোমত্তা ;
নিংশিংলকই ঙশিদি. থ.বন
মাগী মঙালবু উরগা ।
নিংশিং কুন্দো পরেংবু
য়েংলুরগা মমী শামথ্রবা
শক্তম্বু. উকরগা কাউঙমদেনে
থম্মোয়না কায়নথ্রবী নহাকপু ।
লাক্লে নমান্নবী কযাদি
অনৌবা চহিনা লাকপদা ;
ঙুংশি খুদোন তম্নররে
য়েন্দাই থন্না পুরক্তুনা ।
লৈরাংনরবে মপু মাগী
লাইমাংদা, য়াওরকত্রে
নহাক্তি নমান্নবী কয়াগী
মরক্তা ; ডাইরী ঐহাক্তি
নংভবু স্না খোংনাং মথৌংদা
ফমতুনা, মতম লৈবা থিবীক্তা ।
হংলি নংভবু অঙবা
মংঙোন্দা ; তম্নকপ্রা-উরকপ্রা,
য়াউরকপ্রা হাইদুনা নপাউখোনবু
লৈমাইদা খোরী খোংতুনা ;
মীংকী পীনা উফুল্লক্তা
ভোপ ভোপ তা, নংভগী
ঙুংশি মৈচাক্লা ঙাওরবা
থম্মোয়সিনা হিংলি ঙসিম্
কায়না ভোব্ব'ান রাংমদা ।।

---

# হায়নরয়োই অমুক হন্না

মীমান্নত্রবনি মালেমদা
তোনলবনি মাপোকস্তু ;
ইমিংশিনা তাঙখিবনা
কনাস্তু, থোরক্লয়োই
থৌজান হৈরবা-হৈরবী
লৈকোইসিগী মন্নুংদা ।
ঙৈহাক্তভবু লেপ্লুনা
চীংবীরয়োই অশোম রাংক্ষী
লম্বীদা ; চংখিগনি থৈদোক্তুনা
চৈরমগনি হনজিন্না
তুংলোমদা য়েংহুনা,
করম্বা মীনো নহাকপু,
খুরো চেনলীবা মীতয়া
থৈদোকউনে অশোমদা ॥
অময়দা অময়বু
তাক্লমগনি ইকমদা, তাইবংগী
মীওইবা খুদিংনা ;
ইদোমভনি রাজবা চীনলবা
লম্বীহুগী লময়াইদা ॥
চৈস্নুনা মাঙ থাহুনা
পুন্সি পুনথুং য়োক্সিঙৈ,
চংখিগনি নিংবা কায়না
কায়না মীচৈ কয়াবু
তাহুনা ঐহাক্তি ॥
তাইবংগী মঙান ফংত্রবা
মঙলানগী পুন্সিগুম,
হিংলিবনি মীওইলক্তা ;
নোংমতস্তু হয়াওদে উত্রবনিনা
কানবু, কানবুস্তু কনলক্তে
ইমাংদা লেপ্লুনস্তু ।
মীহৌরূদে করি ১তস্তু
ময়বা লম্বীহুগী লময়াইদা,
মাইকৈ থঙদা চংচবা
পম্বুংকম লৈতে নোংমতস্তু ॥
অময়তনা কুপশিনলবা থাশিগী
অহিংদা, ফুইনা হৌরবা
নোংগী অমুবা মপৈনা ;
পুন্সি চুপ্পা কুপ্পবা
থাজ মাগুম ॥ মঙান থোকপা
ঙমজত্রবা মৈয়ীগুম ;
পুন্সিস্তু লেনলি অয়োইবা
মতম ঙাইহুনা ॥

---

# 'কোইনিংঙী মফম পুম্বা'

য়েংজনিংই ফজবা !
মালেম পুম্বগী শক্তমদো
থরায়না হকচাং থায়নখ্রিদ্রৈঙে ;
ঙৈহাক্কী পুন্সিনা লৈরিদ্রৈঙে
অমুবা লৈচিল্লা কুপখ্রিদ্রৈঙে,
ল্লাথলগী দোলাই তোংহুনা,
পাইজনিংই অহাংলক্লা
মফম ১দগী মফম ১দা ।।
লৈরমগনি কজ্জবা, শাংলমগনি
লৈবাংস্থু, লৈকোইহুগী
মমুংদা ; মনিং-তম্মা হাইনা
হুম্মা। অশংবা মচুগী
ফিজোম্মা লৈতেংলমগনি
লৈথক-লৈথা য়াম্মা,
থাপ্লবা লমদমদো ;
তাইবংবু পোকপীবা
ইমাস্থু ঙাম্থোইরমগনি
ম্নাগী তাংবনথক্লা ।।

মচু ৭ না লৈতেংলহুনা
লাইরেম্বীনি হাইহুনা লৈরমগনি ;
য়েংজনিংই ফজবা
পুন্সিনা ঙৈহাক লৈরিদ্রৈঙে,
ইমাগী খুম্না শোক্তুনা
তোজনিংই থৌগনবু ।।
মীৎকুপ ১তা ওইরবস্থু
থম্মোয়গী শেংলবা (শক্তম্মা),
লৈনম্মা লানজখ্রবা ইয়ান
কয়াবু কোকপীনবা ।।
শেংদোকপীরকনি অমোংপা
থম্মোয়গী, কাচিন্দুগী মমবা
লৈচিন্দুগী ফীরাংজিবু হাইদোক্তুনা
তাকপীরকনি অচুম্বা
অমতা ওইবগী লিপুম্না,
হকচাংনা পাঙ্গন কললিদ্রৈঙে,
কোইজনিংই মফম খুদিং,
য়েংজনিংই অপুনবা শক্তম ।।

---

# 'মালেমসে নংগী শিনতমশঙনি'

লৈকোই মালেম কইজদা ;
পুক্লিং হুবগী মশক্নি,
মপু মাগী শিনতম শঙ ;
ওইনা চাওবী লৈমাঙলেন
ওইনজরীদো মপুদা। কেজবা
পাম্বী চীংখৈ নংবু,
অপানবী পীনবীরমই মপুনা
অতেক অনৌ কয়াদো।
লৈবুং কয়াগী মঙ্গলদা,
ঐনা মহেনল্লে তাকপীরমই,
থাগৎ-বাহৈনা লাওবীরমই।
মীংথোন কয়াম্থু থোনবীরমই,
নংগী লৈশেম
জগোল্ল প্নেনবীদুনা।
মরাংপা লৈরে ইমা
নংগী, শৈথা জীব-কয়ানা ;
লৌথোকপগী-লোইরে।
হাইনরক্তা শকইদো,
হাদা ইমা ! লৈমাঙলেন,
হাদা ইমা ! মালেম

হাদা ইম্মা ! মৈকোইবী,
শৈথাহুনা লোইদেদো ;
নচা কয়াগী চানবাম্না,
শকুনম্থু খোঙহোক্না ;
অরোইবা লৈতে পষ্টংকম,
কবি কনাগী ; নাচোমলক্তা,
চোইরোন কয়াবু
থেংলবম্থু ; পকচৈদকো
হাদা ইমা ! চীংখৈ নংবু
অপানবী। অনিংবীতা
পীবীনি অক-কংস্ত তাকলিবী
নোংমতম্থু শাওদনা।
চহি কুমজা কয়াবু মচাশিংবু
নাওকোনবা, লেম্না লৈত্রবা
ইমা নংগী খোঙ্গাংদা
হিংলিদো ; অচং-চত্ত জীব
কয়া। নাওশুম্বীনীদো নোংমগী
তোক্কনা, নাওশুম ইথৈ
শকুনা ॥

---

# 'ইকাইবা নৃংলগনি নফমদা'

ইকাইবা নংলবনি নফমদা,
মাংখ্রে শাগৎচরম্বা আশাগী
ফুরা ; নীংথাইখ্রে মীৎনা কুপ্পগী
মতমদা, হাংহোরে থম্মোয় লৈকোন-
সে মনা কোক্লবা উজাওগুম ।
চোংথৎলকখিজ্রে য়েন্নীংথাগী
অয়ুক্তা, ইকাইবা মাগী শাকুনা
কনখিবনা তিংথোকলুরে
ইখুৎতি, হেকনিংঙুনা লৈরাংবু ।
অফ-ফত্ত থওদনা হুংশি
মৈচাক্লা কনখিবনা,
থম্বা ওমত্রবা রাখলনা
কল্লক মীকা থম্মোয়না ;
পামজরুবনি মহাকপু
নোংমা উখিবা মুমিৎতূদগী,
শাগৎচরুইনে মংলানগী ফুরা
ইদোম চীক্লা কনা থওদা,
থম্মোয়গী লৈকোন্দা য়োক্লিংঙুনা ।
মহাকপু পোনগী চেকপন
হুংঙুদা ; পাইজরক্লীবনি ঐহাক্তি

য়েক্লা তিংথংনা থনলবা ;
অকি-অথণ্ড লৈত্তম্ম, নংতগী
শক্তম উরগনি থমজুরদা,
কাওখি অয়াবা পুথা ।
মীৎনা কুপ্পগী মতমদা
চমথোকলুরবা থম্মোয়না,
ওলিদি নংলেনে ইকাইবা-
ইকাইবা মংবু পুহুনা ।
হল্লশিরনে ইয়াংঘাইদা
নিংবা কায়ন-কায়না,
ইপাং কনা য়াওদনা,
থম্মোয় পানত্রবী মহাক্তি
হুংশি মৈচাক থওত্রবী ;
ব্রহ্মচারিনি মহাক্তি ।
মীগী অয়াবা উরগা
পুজি চুপ্পা পেন্নলিবী ;
হুংগাইয়কী ইঙেনলৈ । থওজরুদে
ঐহাক্তি অলেংবা নংগী
অনিংবা ; পামজরুবতনি
লমলানবা থোইমু ঐহাক্তনা ॥

## 'মকত্রবা মচু'

তাইবং জীব কয়াগীদি পোক্লকম, অঙকপতনা
থল্লবা লৈরাংশিংগী লৈকোল্লি মপু মাগী শাল্লকম ;
মরিক চুল্লবা সাগী ফম্বাল্লি, লৈরাং কয়াগী
লৈনমতনা থোগন তৌরহুনা পোখহল্লি মতম
লৈবা খিবীক্তা ; শোম্বরবা কনাগী থম্মোয়বু
ভালহনবিরী, মল্লবা থম্মোয়গী কাচিন্দুগী লাইয়ুম্বু !
মাইকৈ মশিং লাকওমদা কল্লক মীহৌতনা থল্লবা ;
অশংবা মচুতনা ফুদোইরহুনা লৈতেংলিবা অমা
কৌবা মপু মহাকীদি শাল্লপুং ওইরিবা, অহাংলক্তা
তাওহুনা নমাল্লবী কয়াগী মরক্তা মীংথোন
কয়া ফংলিবী ; য়েল্লোউভেদগীনা ভসিফাও অমকপা
লৈত্রবা নগুনতনা, অহাংলক্তা তাওহুনা য়াহৌ ঈশৈ শক্লিদো ।।
লৈশেম জগোই শার-শারহুনা কোরৌ মাগী থোগন
তৌ ; নোংমগী থোদা কাওদনা হৈনম লৈনমতনা
মপু মাগী খুয়াদা ; মুংশি শৈহেক লির-লিরহুনা
অরাংপা কয়াবু তানলিবী, কনা লৈরি নংগুম্বী
লৈরাংলক্তা লাইনিং চেংলবী লাইরেম্বী ।।

---

# মীৎলুগী পীরাং

লেপ্তনা শিঙ্খরি মীৎলুদগী পীরাং হাংম্রবা থাংপোক-
অসিগী মন্নুংদা ; তারী লৈমাইথক্তা তোপ-তোপ,
থম্বরুরগা থম্মোয়না নীংশিংলুরগা খোদোকশিংবু।
লেপ্লরি ইমাংদা মমি শামগ্রবা নীংশিং শক্তম
কয়ানা ; ঈ তৈরবা কুপ্পা-মতোপ্পা মাইথোং
ফীরুক থুমহনা, খাংজেৎ মচি লাংহনা মরু ক্রোরবা
চীংদোন থক্তা ; হাংখোরবা লৈমাইবু চীংনা-চীংনা
য়েংলগা, খরায় মানা পাইরমদাই খাম্নী মৈনা
মৈরাইরক। মুংনা' পান্দা থোক্লমদাই শোম্বরবা
খোঞ্জেল্লা হাইখিবদাই নহাক্না, অরোইবা মীৎকুপকী
নাহন্দা পীবিরোনে মুংশি নপাও ; চংলমদাইগী
মতমদা থম্মোয়গী শেংলবা লৈকোল্দুগী লৈনম্না,
খিকথবীরোনে মল্লবা ঐগী হকচাংদা ;
ঐহাক্তি খাগ্রবা তেনগী মৈচাক্না পুঙমদরেনে
থরায়সে। চাইথরক্লে অঙাংবা ঈনা ইঙাগী
নোংগুম অরেপ্পা লৈতনা, শংগ্রে অঙৌবা
মচুগী খীরানস্থ ; খ্যাংগ্রে লৈমাইথকস্থ,
চেম্বগ্রে ঈগী ইচেম্না চল্লানীনিগী খোংমুং তম্না........ ।।

---

# শক্লো ঈশৈ হৈবী

শক্লো ঈশৈ হৈবী কোকহল্লো অরাবা
অরোইবা লাক্লে পুন্সিগী কমমেম্থক্তা,
ওন্দুনা অরাবা মৈচাক থাংলিদো
অয়ো-নাহে চন্দুনা করিস্নু লৈতে কলকপা ;
অরোইবা মতম্না লাকপদা কনাবু কনলক্তে পম্থুংকম
ঐহাক্লা ॥

অশেংবা লম্বীতনি, পামজবা তাকপীরোনে
অচুম্বা, শকপীরোনে ঈশৈ কায়নরমদাইগী
মতমদা, শৈথাবীরো পম্থুংকম ;
লংলাবু তিংবীতুনা তাকপীরো ঐঙোন্দা,
ইপাপ কয়াবু কোকপীনবা হে ! ইমা
শকপীরো ঈশৈ ॥

মকম খুদিং ইগ্নগে নতুংতবু
নংগী শেংলবা খোংগুল্লক্তা তিগ্নগেনে,
মালেমগী লৈমাইথক্তা ঐগী অরাবা কয়াসে
কোক্লবা, হল্লমদাইগী মীৎকুপ্তা কনাবু
নিংশিংদে ; মীওইবনা কনাবু কৌদে
ইমা নংতনি শোগ্নবা ॥

কনাস্নু লৈতে তাকপী হৈবী পোকপীবস্নু
ইমানা, য়োকপীবস্নু নহাক্কি পলেম
নংবু তাকপীরো নচাদা ; ইমাগী
শেংলবা থৌজালনা শেংদোকপীরো
নচাগী অমোংপা লম্বী কয়াবু হে ! ইমা
শৈথাবীরো নচাগী অরোইবা মীৎকুপ্তা ॥

---

# কংলবা লৈরাং

হাদা ইহৌ ইঙা-থা ঈংনা তপ্পবা
ইরিক্লা চাইথবীরোনে, কংলবা মালেম
লৈমগী হকচাংদা চেনহনলো লোইবী
চীংগী চীংয়াদা কংলবা ঈথোংবু
চোলহল্লো ঈগী উতোংদা চেনবগুম
লেপ্তুনা ।।

থলহল্লো মবুক ঈথোং মুংবু
কোকহল্লো কাওশিং মাগী অরাবা,
ঙাইজরি নংতবু ইঙা-থা মপু মাগী
থৌগনবু কাওদ্রবী শীঙেল লৈরাং থম্বালনা ;
কংলবা পাংয়াইদা তনৌরবা লৈনা কয়ানা
অরাবা কয়াবু থাংহনা য়েংজরী নংবু মীৎকুপ খুদিং ।।

নংগী শংবান্নবা শক্তম্সু উবদা কাওখি
অরাবস্সু অচৎ-চত্ত থরায় কয়াগী থম্মোয়দা,
কনা লৈরী নংগুম্বা নমান্নবী কয়াগী
মরক্তা নংদি পুম্নমক্কী ঈনি ; ঈনা
হৌখিবা লৈমাইনি, কনাগী হকচাংদা
লৈবস্সু নহাক্কী লেংলি-পাল্লি নগুম্ভনি ।

মালেম লৈমাইবু থৌগনবা,
হাদা ইমা ইঙা থা-থাবুম ১২ গী
মহুংদা মপুংনি ; নহাক্লা থরায় কয়াবু
কোনবীরহনা নরনতবু পীবিহনা নচা কয়াবু
থাকপীবা নংগী, ঈংলবা তপ্পবা থোজেল্লা
মতম লাক্লে তাক্লিবী হাদা ইমা ইঙা-থা ।।

---

## মেরা থাগী থাশিনী

মেরা থাগী থাশিনী, লাক্লগনি হয়েংদি হিয়াঙ্গে
কোবী লাইরেম্বী : নোংথোক্লগনি অরিবা কয়াসু
কোক্লহূনা অনৌবা য়েন্নীং, চোংলগরি সৈমাইথক্তা ;
পিনবীরম্লে ইমানা মেরা থাগী থাশিদা, য়ুমথোং
থুদিং চংহুনা অচান মীরাই নাইদনা ;
মীচং মীথাই থমদনা য়েনলমলেনে থোজানগীই রীকপু,
পীনবিরম্লে হিয়াঙ্গে, হি-য়াই পুবী লাইরেম্বীনা ;
হিয়াঙ্গে থানা লাকপদা, নোংথোক্লে মালেমস্থ
শারম্বা মৈশাস্থ কোকপ্রে ; অরাবা কয়াস্থ কাওপ্রে ।
মীওইবগী মফমদা হিয়াঙ্গে থানা লাকপদা ;
অশংবা লৌবুকস্থ ঙাংপ্রে, সনা অহিংবা মানবা
ফৌনানা ; কোক্লগনি অরাবা জীব কয়াগী মফমদা
অরিবনা চংশ্রবদা অনৌবনা লাক্লবদা
হরাওনরি মাস্লেম থক্কী জীব কয়ানা ;
কংনরী ঙমজন্না হৈরাং লৈরাং কয়াবু,
থৌজানগী পোংলম লাংলহূনা ॥

# 'ব্রাহং কয়াগী পাউখুম'

ব্রাহং কয়াগী পাউখুম, লেগুম্রা পীরি অশংবা
লৈনাইনা। হৌখিবা খৌদোকশিংগী হৌরকফম,
কুপশিনখ্রবম্নু অমুবা লৈচিল্লা; লোৎখ্রবম্নু ঈরোনম্নুংদা,
মমিদি তারী; ভারতকী য়াম্না থাপ্পবা অরাং
নোংপোক থংলবা লৈকোন্দা। ভাম্বোইরী ভসিম্নু
ঈংলা-চিক্কা, নাইতোম খোক্তনা মপুং ফারবা
থাজগুম; য়াগী মচুম্না লৈতেংলি অরাং-অপা
লৈতনা। মীংশেনগুম লংলবা অপান-অরং কম্লানা,
ঐ লৈরী ভাকপীরি; মৈভৈ ইমা ৭, ইফাং মাপল খোক্তনা
কংলা কোজুংগী মম্লাইদো; ভরাংতগী
শক্তম নত্তে, মতম কুইরবী অতাংনৈ;
লৈরাংলক্তপী অখোইবী। লৈকোই মালেম
পুম্বনীদি লৈরাংলৈন, চুমথাং ৭ না লৈতেংলিবী;
অতোনবগীদি চংজফম, অরা-তারবা কনাগীনা
পোখাফম। মীমুংশি চাওরবী ইবেম্মো
ইমা পোকপী লাইরেম্বী; হাদা লাইরেম্বী
ইমা! মনিপুর। লৈরাংনা মতম নাইবগুম
তম্ফা-নোংথাং লৈমা; চীংগু নমুখি
শাইওনলবম্নু শীংভেন মচু খোদা, লৈরাং
থরায় চানলবী।" থরায় পানবা খীবিকীদি.
ফুংভাই য়াইবী মরাং কাইনবা; অগুকী মতিক
হৈশিংলবী মপুং ওইবীনি। ইভা-কুমদম,
ঈভেন কুমথাইনা, কুম ৬ ইন্নিবা; য়াংগু ৬
কুমচৎ থাচৎনা, ভাইবং পানবগু নাওকোনবীবনা;
শাইওনবী হাইনা মীংথোন
ফংখিবীনি।

---

## 'ম্যাংখ্র বসু ইরনপুম্বা'

খম্বীরমই রাংতা-পাদা ইরন পুম্বা,
লনগৈ পুকৈ থম্মা ॥
অন্নাংপা লৈরমদে করি ১তা
কৈরেং কৈজাও মনুংদা ;
ইতিহাসকী অপান-অরং কয়ানা,
লৈতেংলমই লেনগুম লংলবা
মণ্ডাম্মা ॥
মৈতৈ লৈবাক কংলৈপাক,
মপুং ফারবী লৈয়াংলেন
ইমা ৭ কী পোক্লফম ;
শলাই ৭ কীনা থোংদাফম
ম্না লৈপাক মনিপুর ॥
মতম কয়ামুক্তী মমাংদদি
চাওথোকচরমই লৈকোইদা ;
সাহিত্যগী মপুং ফারবা
নাচোম্মা, চীক্লা ঈংনা পাল্লীবী
কনাগী মভেং লোদনা
ঙসিদগীনা য়াম্না কুইরবগী
য়েহ্লোউৈগী মতমদা ;
কাংবা নিংথৌগী হাকচক্তা,
ঙসিদি মংগুম থনলবস্থ ;
তান্নী মমিদি ঈরোনন্নুংদা
লুপ্তু্না ফুদোকপা গুমত্রবা
মণ্ডাম্মা ॥
তত্তনা হংলি শলাই ৭ কী মফমদা,
পাওথুমদি পীক্লবা লৈতে কনা ১তনা
কিরছুনা মহাকপু ॥
কৈয়োই লৈকাই কনাবু
থওখিগনি. উখিগনি,
মতাগুম ; কুপশিনলী অমুবা
ফীরাংজিনা লোনম হৈরবা
মীরৈবাক মচা মহাক্না ॥
শংজিনলী মচু অঙৌবদা অমুবা,
লোরী ইরৈপাক মচানা
লমগী শন চিশাংবা ;
ইশাগী শন চিদেনবা ॥

# *কায়না বিদায়

কায়নরমদাইগী মীৎকুপ্তা
অরোইবা লাক্লবা তাঙ্গাদা ;
লিবীরম্নো মুংশি রারী,
মীহৌরোনগী রারি শিংবুন ॥
তাকপীরম্মো চৎনা লম্বী
মীওইবশী পম্বুংকম ;
ঙাইরমগনি মহাক্তি
মদোম তরক লেপ্তুনা,
ঙাইনথেলগী তোৰ্বান্দা।
নিংবা কায়রবা থরায়না
কোরমগনি খুংলাম তোইনা ;
পীবিরো মুংশি মপাও,
শিনবীরো অশেংবা শক্নমদো
নংগী লৈশেম রারী।
চৎলমদাইগী মতমদা
তাকপীরো লম্ফাং কয়াগী
হৌরককম ; কীশিনবীরো
কীজিদা ।
অকাও পরৈনা চনশ্রবস্থ,
মৈরী মানা মুংশ্রবস্থ ;
অমুবা লৈচিন্না খনশ্রবস্থ
য়েংজরকে ; লাইরৈপাকী
অমদমদা ॥
নংগী কিজিনী নিংশিং
মুত্তি, নংদি অথোইবনিদো
মীওইলক্নগী ॥
নংগী শংবান্নবা হৈকোন-লৈকোন,
শংবান্নবা লৌবুক ;
মরীক চুম্নবা সনাগী কৌ,
য়েংজরকেকো মুংত্তি মুমিৎ
খুদিংগী ॥ অশি লৈবাক্তা
লৈরগা, য়েংজগেকো কীজিদগী
থোক্নুনা ; নংগী চংথোনলবা
শক্নমবু। মতম কয়ামুক্কী
মমাংদগী লোইনরক্লবনি ;
পুন্সি লম্বীদা ঙসিদি,
চৎলগনি ঐহাক্তি
লাইরৈবাক্তা........ ॥

---

# 'কেনলমলেনে লৈরাংদি'

ঙরাংগী লৈরাংনি. কেনলমলেনে লৈমাইথক্তা.
অহিংগী লিক্লানা চোংলবা ইফুল্লক্তা ;
য়েন্নীংথাগী অয়ুকী ঙাঙ্ নাম্নবা চীংথৈ মঙাম্না
লাকপদা, লৈমন চনলকা লৈরাংনা পুন্সিগী
অরোইবা য়াইহুপ্তা ; হৌখ্রবা থোদোকশিংগী,
নিংঙমদ্রবা পুন্সিগী, থুপচিনলবা থম্মোয়মুংগী
মুংশি ঈচেন কয়াস্ু। কায়নরুমদাইগী মীংকুপ্তা
ইঁঙ্কাং কয়াগী ঈহৌনা, কুমগী নোংনা ঈহৌরকপগুম
কুপশিনখ্রে মালংবগী ঈপোমনস্ু ; লৈরাং কয়াগী
নাচোম্নি, শিংজেন লৈরাং লৈমুংশি।
লৈরাংনা লৈকা ফনক্লিঙৈ, মালংবা লক্তা
তিনক্লিঙৈ ; মীংকুপ ১তা ওইরবস্ু থরায়গী
অপাম্বা। লাইজ মুংগী ঈরোনমুংদা ফুদোকপা
ঙমদ্রবা মঙাম্না, ইদোম তরক অহিংগী ;
মরিক চুম্নবা মেরা থাগী থাবল ঈপোমলক্তা,
থাজ মাবু উরগা ; অদ্বাবা কয়াস্ু কোকচৈদো,
হাংলবা অহিংগী থাবল্লা, চামথোক্লবা
শংবাম্নবা লৈকোনগী ; চুমথাং ৭ কী মরুমদা।
পুন্সিনা লৈমন চনক্লিঙৈ, শিংথাবীরম্মী
নাচোম লক্তা ; লাক্লরোই ঙরাংগী পুন্সি,
য়েংবীররোই কনা অমঙনস্ু ; তাইবংলক্তা লৈনম
য়াওদ্রবা, থুইথরবা ইফুনলকী লৈরাংবু ;
থুংগৎপীরোই কনা অমঙনা ; মাংথিগনি ইদোমতা.......॥

# ন্নাহংগী পাউখুম শীবাগো

চহি-কয়া হৌগ্রে, থাবুম কয়া চংগ্রে,
মালেমগী খোংচং তাকপীরো ওস্নিদি
চোকশিন ন্নাছে কয়ানা লিবীরো মহোশা ;
হৌখিবগী শরুমশিং অনোবা কয়াগী
মফমদা অরিবা মহাক্তি চংখিদো,
মথং অনোবা লাকইদো থুপ্লগত্নু নপাওদো ॥

ওস্নিগীতা থনগত্নু হয়েংস্নু লাক্লনি অনোবা
মরোল কয়াগী শরুন্নি. শাংলিবা লৈরাং
কয়াগী মচুসে মচু কয়ানা লৈতেংলিবা
লৈকোন্নি ; শাংনবী মাগী-মাগী লৈজবা
শরুন্না ঐনা মহেনলে চাওখোকচৈ,
নোংমা কেনখিগনি লৈমাইথক্তা ॥

তিনখিগনি মালেমথক্তা পুন্সিগী
অরোইবা ন্নাইহিপ্না লাক্লবদা,
মতম মানা লৈরিভে ; চহিনা
অভাং ওইরিভে নপোংনি থন্না
চোকশিন্নো ।

---

# কবিগী মীপাইবী নুজা-ও !

নুজা পূর্নীং লাংগনু,
মীপাই চাওবী শক্তিগুম
মতমগী ঈমাইথক্তা তাওবা কোংগোলগুম ;
থরায় মনা তোংবনি মীওইবগী হকচাংসে
থঙজনলুনে হাদা নুজা
পাখং চাওবী ।।
নিংথৌ মাসু চাওথোকচৈ, ময়াই তাংবল ফম্নবনি
নিংথৌরেলনি ঐহাক্তি ;
মালেম লৈকুপ্পা শাবনি
কনাগী হকচাংসু অপুনবা,
ঈশিংদা তাওবা কোঙ্গোলগুম
অচৌ-পীশক থাইবনি ।।
তিনখিগনি নোংমদি মুংগ্রবা কোঙ্গোলগুম্না অচৌবা ঈমাইদা,
ঈপুনখিগনি অমতা ওইনা
থরায়শিনা মুংগ্রগা ;
মতমগী লৈমাইথক্তা তিনখিগনি হকচাংনা
নিংথৌনেসু হাইররোই,
পীকই-চাওই থিররোই ।।
পীক্লবা ঈরিক কয়ানা লানঙমক্রবা ঈপাক ওইথিদো
ওইনরগনুনে ওইনা চাওবী নুজাও !
করি-করম্বা অপাম্বা ননিং থুংদ্রি নহাক্তী,
অপেনবা লৈতে মীওইবা রাখল মানা ঙাওরবদি
কলকপনা মাংহল্লি ; কপ্পাওবনা তুমহল্লী,
চাওরবা লৈপাক কয়াবু ।।
ঙসিসু তারি, জাপান লৈবাক হিরোইশিমা
করিগী কল্লকলি ; অদুবু নোংমা অরোইবা লাকপদা
ওইথিগনি পুম্নমক তিনখিগনি ১তা ওইনা
লৈমাইথক্তা. ঐগী-মাগী নাইররোই নুজাও !
নিংথৌগী ওইদা ফম্বা ফম্বালদো........ ।।

# নীংশিংলুরগা থোদোকশিং

নীংশিংলুরগা থক্লোইনা, হোৎত্রবা থোদোকশিং,
মুংত্রবস্থ মৈরানা, চামথোকত্রবস্থ লাইজনা ;
কোকত্রবস্থ মচুনা, ওনত্রবস্থ শক্তমা,
নোংমদি লাকথিগনি থওহোদনা য়েঙ্হোৌঙৈগী
অওনবা চকী অশংবা মনিপুর থোংদারকথিগনি ;
স্বৰ্গথকী লৈকোনগুম শাংলথিগনি লৈরাংস্থ লৈকা
ফম্না। অথাং-কনলবী লৈবাকলৈমা, অশংবা মচুতনা
মতম লৈবা থৌবিক্তা লৈতেংচুনতা লৈরম্বা ;
মালেম পুন্নমকীদি নোংদোম্নী মপু-মাগী
পোথাকম ; ঈংনা চীক্লকা লমদম্নি ইমা-লৈপাক
কংলৈপাক। থোৌনা লৈরবী লৈমরেন
লৈমলক্তগী অথোইবী, মীলংশি চাওরবী লাইরেম্বী,
ইবুংঙো মাগী মনাইশিংগী লৈপাক্লি।
মরীক চুম্নবা মহৈ-মরোংগী শক্তম য়েংলগস্থ
পেনগনি ; নোংমা কনাগুম্বনস্থ মুংশিরবা
গুম্লাংপগী শক্তম ওইরবা কাক্তি-লৈকোন্দা,
থোংলথিগনি কোকিল মহাকস্থ অশংবা
লৈকোনবু য়েংলগা ; থাবল ফারবা অহিংদা
মথৌ পোংনা থোংলথিগনি মনিং তম্না ........ ॥

# চৌংগী নুজাও

লমদম তাম্না শাংহৌরবী, মুজা নংবু লৈমুংশি
চৌংদা শাংপী লৈরাংও ! লৈনমচাওবী কেতুকী ॥
পামজরুরে ঐহাক্তি লৈরাংগী লৈশক উবদা,
থওহৌদনা ঈহৌরকখি থম্মোয়দা ; মালং মুংশিং
নামীবনা পুরক্কুনা লৈনমজক্ লাংতকহন্নী
থম্মোয়বু উজনিংহুনা শক্তম্ ॥ পাইজরক্নী
চৌংলোন কয়া লান্দুনা, খীজরক্নীসে শেংলবা নারবী
মোংশোংলক্তা, অকিবগী শক্রমতমা মাংদা কেপবম্
চৌংনরকে কনাবু, মুংশিবগী শক্তমবু উরগনি থনমুবদা ॥
চৌংলোন কয়া লান্দুনা, অবাবা কয়া থাংহনা ;
মুংশি নপাও হংজনিংহনা থবায়সে থুংবাক্তা হাওনা,
পুন্সিসে কংলমগে থন্দুনা নংঙোন্দা ; লাক্লবনি ঐহাক্তি
শা-কৈনা থনলবা গুরা-ময়বা লোকমুংদা ;
থীরক্লিবনি পোথবা লৈতনা লৈরাং নংবু,
লীরক্লিবনি থোঙ্গুনবু, পুন্সি চেংজেন পুহনা ॥
লৈনম মাদি তিনলীদো, নামীবা মুংশিংকী ঈপোমলক্তা,
শক্তমতুদি উদেদো, লৈরাং নংবু লৈমুংশি
চৌংদা শাংপী কেতুকী ॥ মকম কৈদা লৈবনো
কনাবু কীরহনা লোংলীবনো, শাফোমলকলোনে
শক্তমদো, লোংলগন্নু ঐঙোন্দা অবাবা
মৈচাক পীরগনু অমুক হন্না ; নংগী মুংশিবা
লৈনমদো ॥ চৌংগী নুজাও ! কীরব্রনে নহাক্তি
হেক্তোকপীথিগনি থন্দুনা ; লমলানবনি নিংহুনা........ ॥

## 'লাকখিদ্রে মহাক্তো'

মতম কয়া হৌখ্রে, থাবুম কয়া চংখ্রে ;
লৈরাং কয়াস্থু কেনখ্রে, লৈখোক লোইরদুনা,
য়েন্নীংথানা লোইগ্রবদা, মরু কোক্লবা পামেন উজ্বাউথক্তা ;
ওল্লাং-মৈশা থাংলীবা চেক্লা কয়াগী মকমদা
হংজক্কইনে লেপ্তুনা ; থেংলবা অহিংগী থাবল ঈপোম মরক্তা,
ভারকপ্রনে চেক্লাও মহাক্কী মপাওদো ॥
ভঙ্গীরম্মুনে কৈদোগে থোইথূমনরবা রাহৈদো, লিবীরম্মুনে
মুংশি রাহৈ কয়াদো ভাজনিংদুনা ঐহাক্তি ;
লৈরমগত্রা থন্দুনা লাক্লিবনিনে, পুখ্রি মপান শীঙ্গারৈ
মখোংদা ; মীংকুপ থুদিং হংজরি চেক্লা কয়াগী মকমদা,
হুংখ্রনে মহাক্লা ঐগী থম্মোয়দি, নোংমা মুমিদাংরাইরমগী
ভাঙ্গাদা ; মুমিংনা চিংয়া ভয়কপা তময়া কোয়ী চেনলকপা
ইশাইপুনবু পাইদুনা, পুখ্রি ভয়া লাকচবা ঈশিং
শোকে তমজবা ; তোংদুনা লৈরম্নে শীঙ্গারৈ কোবী
লৈরাংলক্তা মহাক্তি, ইমাংদা তাবা মমিবু কনাবু
ওইরবনো হংগংচা, পীবিরকপা পাউথুমদো
কাওবা লৈত্তে ওসি ফাও ; হাদা ইতা শীঙ্গারৈ
ভয়কপ্রনে নংঙোন্দা মরিক চুন্নবা মপাওদো,
নংস্থু লৈরাংগী মপোক্লি ; উত্রত্রা ঐগী অরাবা······· ॥

# 'নুংশি পীরাং'

নুংশি পীবাং শিন্থরি মতম ১গী রারীদো নৌহোননা
ওসিদি ; কোক্লবা তোব্ব নিথক্তা লেপ্তু না, কঁংলবা ঈচেলবু
য়েংল মীংলুদগী লেপ্পা লৈত্তনা ; পীরাংসে তারী লৈমাইথক্তা
তোপ তোপ ।
পুত্তমত্রেনে থম্মোয়সে থন্থকরগা চনিং তানা
খোংলরগনি ওসিন্থু লমলানবা তোঁগে মতাগুম মথৌ পোংনা
কংলবা পামেনথক্তা তোংহনা ; মাইকৈ মরি য়েংহনা
নোক্লরনি মশোং কানা ।।
মৈশা ল্যাংলবা লৈকোনবু য়েংলগা, মীনুংশি থঙত্রবা
মীনোক্কা ; খেক্কা-খেক্কা, হে চেক্লা-ও ! অমুবি শক্তমত্তবু
মুবা নত্তেদো থম্মোয় শোক্কা মুরবী ; লৌনম রাহৈতনা
নথৌ ওই ।।
কয়ারক হজন-হজন্না নৈহৎপিত্রবা ; মোংবা ইশাইগোনবী
পোশীচী কয়াবু মৈহৌরী থন্না, লমদম তান্না অমুক
পাইরকপদি লৈঙমদয়েনে ঐহাক্তি ;
চেক্লাচা কয়াগী অরাবা য়েংলগা ।।
মৈহৌরক্রে থম্মোরনুংদা চাক্লবা মৈরীনা থুবদা,
নংগী য়াক্লবা খোঙ্গেন্দু তাবদা ; মাঙদা শীংজানা
য়ৈবগুম পংশিনলেনে হুনাসে, হে চেক্লা-ও ! শন্নানবী
পাইখ্রো নরৈবাক্তন ।।
থুম্নাং চারবা পামখেন উপানদো, খাজনক্লন্দো
অমুক্তং চোংহনবীদ্রো অমুক্তং য়েরীংথাম্বা
লাকপদা, য়াওহনবীরো অয়ুকী লীক্লানা চোংলবা
অশংবা য়েন্নীংলক্তা তিন্নহনা ।।
মমান্নবী কয়াগী মনুংদা, নংগী থৌরবা
নচীন্না থংলগমু, ভরাংতা চোংথংলকইবা মপুং ফাজত্রীরিবা
অনৌবা মন্নোনবু ।।

# লৌয়ল্লরোই নুংশি ৱাহৈ

লৌয়ল্লোই নংত্তোন্দা নুংশি ৱাহৈ অমকাও,
তোংদয়ে ওসিদি পীনহৈরবি লাইরেম্বী ;
লাপথোকত্রে ইনাক্তসী ওয়াংসী নহাকী মীনুংশি থঙ্গরবা খোঙ্গয়ৈম্না
থাবদা ; কাওগ্রমালে নুংশি ৱাহৈ পুন্নমক, কিগ্রমালে লমদম
তাম্না পাইগ্রে ।
অমুক ইকাই নুংশি ঈচেন্না পুথগ্রে য়াম্না থাপ্নবা মকমদা,
কিজরহুনা নহাকপু ; কংগ্রে নুংশি ঈচেনসু থম্মোয় নুংগী,
চেম্থিগ্রে নুংশি ঈচেনসু, থিংত্তেন মানা থংথিবনা ;
ঈহৌরকত্রে ঈয়োম্ন্ংসু য়েম্নীং থানা লোইথ্রবদা ;
লাকথিগ্রে কুমগী নোংসু, লৈচিন মানা পাইথ্রবদা,
নোথোকথিগ্রে থম্মোয়নুংসু নংগী শক্তসু উবদা ;
হংনিংথিগ্রে নপাও অমুক হন্না নফমদা,
নকশিন্নীংত্রে ননাক্তা, ইকাইরহুনা থৱায়না,
লোইথবনি হন্দক মপোক্তী ; পুন্নমক হংলরোই অমুক হন্না,
নোংমা করিগুম্বা কান্সু য়েংলরোই শক্তমসু ;
নংগী চংথোল্লবা ফিজেং-লৈতেং ইমাংদা লেপ্পুনসু,
উইশিন্নগনি ইমীংশে উজনিংদহুনা নহাকপু ; হৌথে, মতমসু
লাপথোকথ নুংশি ঈচেনসু, ঈপুনথে ঈয়াইদা ;
চেম্থে, বৈদোক্তহুনা ঈথাই কয়াগী ইফাং ; ওইথে, কনাগুম্বা
অমগী হিদেন তাকম, ঈপুন্দুনা শাংমিন্নথে
লাইজ মুংদা ; থরো-থম্বাল অনিমক ॥

## 'কায়নরগনিকো ঙসিদি'

হে ! মুংশিরবা হকচাংও,
কাইনরনিকো ঙসিদি নং+ঐ ;
লৈহৌরগনি নহাক্তি পুন্সিগী
অরোইবা ওইনা, পাইথ্রগনি
ঐহাক্তি নংবু থাদোক্লম্লগা.
ত্তিনথ্রগনি অহাংলক্তা ;
হকচাং নংনা লৈমন চনথ্রবদা ॥
তুংলকম লৈত্তে ঐহাকী,
চংজকম লৈত্তে কৈদস্থু,
য়ারোগন্থু মুংশিরবা হে হকচাংও !
মত্তম কয়া কুইরবদগীনা
ঙসিফাও, নংগী থম্মোয় লৈকোন্দা ;
কাওথ্রব্রানে ঐহাকপু.
থাদোকপীরম্লগে থল্লব্রনে
লমাথ্বাংদা ; চংজকম লৈত্রবা
পোম্বীগুম, মকম খুদিং
কোইপাই, পাই ;
তত্তনা কৌজগেকো
হে ! হকচাংও ! মুংশিবা ॥

তাক্লমখোনে চংজকম,
শিনরমখোনে অনৌবা লৈকোন,
নংদি কাওরমালে ঐহাকপু ;
নম্লুং লেনলে থম্দুনা,
তাক্লমদনা করিগী তুম্মিম্লা
চংশ্রি ? হে ! হকচাংও ! মুংশিবা ;
চংলরোইদো ঙসিদি, নংগী
হকচাংমুংদা তোংহনা ;
অরা-মুংঙাইগী হিদেন
তাকমদা কোইররোই মকম
কৈদস্থু, য়েংমীম্লরোই
তাইবংগী অরা-মুংঙাইগী
তাইবং লিলা ॥
নোকমীম্লরোই হয়েংদি নংস্থু,
ঐস্থু ; নংদি পুনথ্রগনি, ইমা
মালেম লৈমগী হকচাংমুংদা,
ত্তিনথ্রগনি ইরৈমদা কনা
লৈরী, হে ! মুংশিরবা হকচাংও ॥

# হুকচৱল্লগে নাচোমসে

লৌশিনবীয়ুকো লাইনিংথৌ, রাজকুরে লমথাংদা ;
কুপশিনলবা লৈচিন্দুগী মরুমদা
শাংলমলেনে লৈরাংদি লৈনম চাওবী কেতুকী,
মাংলমদরে কৈদস্নু, লোংলমদ্রে কনাদস্নু ॥
মতম কুইনা তুমলুবনা কাওংথোক্লুরে ঙাইহাক্তুং
অমম্বা রাথল্লা চম্মনরুরে,
ওন্ন-তৈনা লম্বীদা মতম কয়াস্নু মাংশ্রে
চহি কয়াস্নু হোৌশ্রে ;
লেংদনা লৈরয়ে মফমদি কাঞ্চি লৈকোন্দা ॥
কৎচরগনি ঙসিদি লাইনিংথৌগী লৈমাংদা
মরীক চুম্নবা নাচোম ; লৌশিনবীয়ুকো লংন্দনা,
অশাওবা কয়াস্নু নেমথবীয়ু
মৈগুম কনলবা নগুন্দো, চুথংপীরোনে মতম চুপ্পগী ওইনা ;
নচা কয়াগী অমম্বা রাথনবু কোরুবা ॥
নোংমগী শোইদনা কচ্চগে, ওমজবা থরসে ;
৭, ৭না খুজিং ওইদুনা
থম্মোয়গী শেংলবা শেমপাক্তা লানথিবা কয়াস্নু ঙাকপীয়ু,
অশোইবা কয়াস্নু কনবীয়ু ;
পংলবা নচা কয়ানি থনবীদুনা ঙাকপীয়ু ঙসিদি,
লয়ানবা মহাকপু কিদনা ॥
পুথোকচরগে মীমাংদা কলকহনগে মহাকপু,
মৈতৈ লৈপাক-কংলৈপাক
লৈনম চাওবী লৈরাংনি, লৈমন চনলগা মহেল্লী ;
মৈতৈ ইমাগী লৈনমদি
হুথিবা ওয়োই মহাল্লা ; মফম কৈদা লোংলবস্নু,
ঐ লৈরী মতাকই নচা কয়াগী মফমদা.... ॥

# খুং-লোংলবগী ঙসিদি

খুংলোংলবনি ঙসিদি, তুংঙইনবা কিরহুনা নিংথৌ মাবু ;
খম্মোয় মাদি ৱাজৈদো, খম্বুরগা পুক্নিংনা,
নীংশিংলক্লে ঙসিদু শক্তম মাদি
ঙবোং থাওদো উরগা নৌহৌমা ॥ নিংশিংলকই
ইকাং নাইরবী ঈচেন্দুগী তোর্বানথকা ; নোংমা
অৱাবা মৈচাক থাংখিবা মচিন তুশিল্লবা থাওড়ুগী
মমুংদা ; লোনথোকত্রবা থোঙ্লেন্না খুমজিনবীরবা
মীংস্নানা, ঙৈহাক মীংকুপ অমতং মৈতৈ লৈমবু
য়েংলম্লগা ; নিংঙমদ-নিংঙমদ. কপখিবা
অথোইবা নংগী শৈরোনদি, তাক্লিনে মমিদি ॥
ফুদোকপা ঙমত্রবা মঙাম্না, ইতিংলি লাইজা
মুংদা ঙসিদু ; তাওরী ঈমাইথকী কোঙগোনঙম,
ঙৈহাক অমুক লূপ, ঈরেনহুগী ঈমাইদা ;
থাংলী অৱাবা পুন্সি চুপ্পা, খুংপু পুনলহনা
মৈতৈ কয়ানা........ ।

# ইখিগনি লেপ্তুনা

ইখিগনি লেপ্তুনা লৈমাইথক্তা; লৈই য়েকথিগনি
শকুম ঈরৈপাক ; নোংমগী লেপ্তুনা শকথিগনি কনাবু
ইকাইদনা ঈশৈ, মতম লৈবা খিবিক্তা থন্নায়
পোম্বা ওইহুনা মতম ১গী ইরৈপাক ; মতম ১গী ইরমদম,
কাওওমদেনে ইপোৎপু নিংশিংজুরগা থম্মোয়না, উকরগা
শকুম্বু পাম্মুরকইদা ; ইপা-মানদি থম্মীরমই মচা ওইবা
কয়াগী থম্বহুনা কাবো-তেল্লি তম্পাক্তো ॥
নিংথি তুরেন খোংবাল্লো, হৈমৌ খোংনেম্বীগী মথোংদো,
শমজোক কোম্নুংগীদি মকমদো ; লৈয়িনে মমিদি ঈরোম্নুংদা
লুপ্তুনা অমুবা কীয়াংজিনা ফুপ্তুনা, কোক্তরী মচুম্বু
শংবীরব্বা ইপানা ; ফোং-কোং শাগ্নী মনিলম্বু ॥
মীপুম থুদিং তানরী, মৈতৈ য়ুমথোং কয়ানা এথোইগীনিদকো
লমদমদো ; কাওওমদনা লোয়রী নুপা-নুপী খাইদনা
নিংদোন পোম্লরী ওসিম্বু, লৌয়ীশিংজা কাবু ওইবনা
পাথংনরী থরায়না ; পাম্মুরহুনা ইপোৎপু লানজিংনরকথি
লেপ্তুনা মঙাগা, চাম্মদা, কুরু-ক্ষেত্র মুনবগুম ॥
অঙাংবা ঈনা তোংশাদা চেনলিডৌ মৈতৈগী লৈমাইথক্তা
হিংলিডৈ, শক্তি লক্তগী চেনমী লেপ্তুনা,
অকাও-পরৈ লৈতনা, তারী খোঙুনম্বু মথং-মনাও
নাইনা, ইতিহাসকী লৈইনা তাক্লি হৌরককম
কংলৈরোনগী লৈমাইথক্তা ; অরংবা মচুনা তুংগীদমক
তাক্লি লম্বীম্বু চৈম্বু পাইহুনা, লাইনিং-পরৈ
চেংলবা ইপুথৌ কয়ানা........ ॥

# করি পোরক্লী নপাওখোন

করি পোরক্লি নপাওখোন,
লমদমতুগী নহাক্লা ;
ভাইরম্নীবনি ঐহাক্তি লাক্লগনি খন্দুনা,
খরাই খোংগান পনখোংদা।
চৎথিবা মাইকৈ য়েংতুনা, অউবা কনাদা হংতুনা ;
নংবুতা লাইনিং ওইতুনা ; লৈরম্লিবনি শারবা মৈশাবু
থাংতুনা, সনা খোংনাং মখোংদা কনা য়াওদা
ইদোমতা য়েংলম্মীবনি নহাকপু, কোক্লিংতুনা অল্লাবা
চোকথরবা হকচাংনা ; হাইরম্বদাই নহাক্লা
চংলমদাইগী মতমদা, খোইথুম্নরবা বাহৈনা শিনরম্বদাই
ইফমদা, চংখোনলবা নতৌনা, মীংতগী পীনা তোপ-তোপ
তা ; কাওবীগম্নুকো ঐহাকপু মতম লৈবা খিবীক্তা ।।
চংলমদাইগী মতমদা নিজথি ইফমদগী, নাম্ববীরোনে
ইকোক্তা মোল্লবা নংগী খুৎতুনা ; হাইথিবদাই নংনা,
"ওসিদি য়োরক্লে" ইমাংদা খরায় য়াওদ্রবা
হকচাংদি, তাররে ইমাংদা, লৈমন চনলবা লৈরাংগুম ;
হংজরুবা পাওখুমদি, ঐঙোন্দা পীরমদনা
চংলবোইরে নহাক্তি........ ।।

---

# লঙথোকপীরম্লবা নহাক্না

লাক্লিবা নহাকপু কনানো ?   তোল্লবা ঐহাকী ইকম্মা
করি অপাম্বা লৈহ্রনা. লেপ্পরীবনো ইমাংদা চীংলেম্না ;
তাকপীয়ুনে অনিংবা, হাপচগেনে ঙমজবা লাংজরগা
অরৈবা কৌথোক্নুনা মহাকপু. তাকচগেনে লোথোকফম
অরৈবা থরা তুংশিনবদো ; থম্বীরমদে কনানা, লাংবীরমদে
করি ১তফাও, য়েংতুম্মদা পকপা লৈরিকফাও, লৈরমদে
ঐগীনি হায়বা ।   তাংলিবনিনে ঐহাক্তি মীপানসু.
পুন্সিবু হিংনবগীদমক্তা ; ইপা শক্লবা ত্রৃ্যধোন
মাগী মনাক্তা  ইকাই-ইকি থঙদনা নাওতেবু শাহ্রনা ;
থেমজিনদীবনিনে থম্মোয়গী অশাওবা ঈহোগী
মৈরিবু ।   কনানোনে মহাকপু খোঞ্জেলতবু তাবদদি
মপেল্লী ; লোথোক্লোনে মাইথুমদো. থঙহনলোনে
শক্তমদো  লুকথরুগন্নু লৈমাইথক্তা. তাক্লো নহাকী
অশেংবা, লীরো অচুম্বা নপাওথোন. থম্মোয়গী
সুংশি মপাও ; কৌজগেনে ইমা-ইমা উজ্জরকত্রি
শক্তমদি পোকপীরম্বী মহাকপু. লমদম কৈদা
লৈথ্রবনো ? কনাগী শাগৈদা ওংথ্রবনো
হন্দোক্লম্লগা ঐহাকপু. কাওথোক্লম্লগা মহাক্না ;
অহুবু, ইহোরকথি ওসিদি কংলবা মীৎলুদগী
ইথং থঙহৌদনা কংলবা লৈমাইথক্তা তাখি পীরাং
তোপ-তোপ, ‘শকথংদবী’ নহাকপু উবদা
নৌহোম্না ; কংলবা থম্মোয়সে কাইখি, মচেং মচেং
কয়া থোক্না ....... ॥
পুঙমদেনে থম্মোয়সে থম্বরুরগা য়াখন্না.
তারুরগনা নপাওবু, ‘আর্জ্জুন’ পোকপীনি নহাক্তি,

মঙা-মমানি লাইবক ফবি ; নীংথৌরেল্লোনগী শীংঙেম্মি
লাংবন ফম্বী, লৈমরেম্মি মিংথোন ফংবী লৈরেম্বেইবী ;
অকনবা পোকপী মম্মানি, লৈতে ঐগীদি কনাস্থু
নোংমা 'চাইনপুংগী' লমন্নাইদা, লৈবাকী ওইবা
থৌদোক্তা ; অকন-অথৌ, মাইচৌ-মাইমৌ কয়ানা
চাইনপুংবু চোন ; নাকল ১দা আর্জুন লেপ,
অকন পাণ্ডবেন কয়ানা ; কমা লৈরি নিংথৌ মচা
ঐগা লম্বা ঙমগদবা, লাওরকপি থোম্বাং মন্না ;
নপাওথোল ভাবা মতমত্তুদদি ঐহাক্তি লৈথোকপা
ঙমদেনে তুমীন্না ; ঐ লৈরী চোংথোকচহুনা,
চান-থুংলাই পাইহুনা, চংশিনখি মনাক্তা ; তাকপীন্নুনে
অপাম্বা, হংগংচখি পাঙনীংহুনা লম্বাবু ॥
হাইরকখি, অর্জ্জুনা ঐভোন্দা "শকথংদবা নহাক্‌পু
চংশিনলকম্নু ইনাক্তা, তুকচৈনে নভৌদো শাগে-জাং
মশক থঙদনা থুমিং থুদাং লৈতনা, অকন-অরীং
শিংহুনা, নিংথৌ নাক্তা চংলকপা, লিন্নমথো
নহাকী হৌরকফম, তাক্লমথো নশক" ইকাইকহুনা
ঐহাক্না থমকম লৈত্রবা ইমাইবু, থোক্লকখি
পুন্নহুনা অথুবা মতমদা ; চাইনা পুংদগী চোংথোরকই
ব্রযথোন্না ঐগীদমক্তা, নোক্না কা ঙাংলাহুনা মতমহুদা
ইমা নহাক্তি উদেদকো নচাবু ; আর্জ্জুন মাবু কিবনা
চাওথোকচন্নমগদবুনি ঐহাকস্থু ; তাকপীরন্নবদি ইকমদা,
৬ কী মমানি থন্দুনা লেমথোক্লমগদবনি মীমাংদা।
অকনবী পোকপী ইমাবু চুপ্রমগদবনি হন্না হন্না মাক স্নেং
থজাইদা ; ইমা লৈরী থন্দুনা, ঙসিদি লাক্লি ইকমদা,
থেংলবা অহিং তাংলোদা চংলকই, ইনাক্তা চন্নবা
থম্মোই উংতুনা ; পেনলে ঐহাকস্থু ইমাগী শক্তম্থু উথদা;
হায়রো অপাম্বা হে ইমা ! শিংজন্নগে লমন পোকপীথগী;

হয়েংদি চংলগনি চাইনপুংদা, কুকপ্পে মত্তুম্লম্ম অরেপ্পা ;
পুংশি-মাম্ম তারক্লে, কাংশি মানা থিংলকপদা মথোনত্ত্ব
ভাবদা ; পাইথকলোগনি অমোৌবা খুংলাই, লাক্লে
চিংথৈ মাগী মতাম্মন্থ ; কোয়ৌ মাগী থোগন তৌহুনা,
অয়ুক য়েন্দা অহানবা, মরীংগী য়েনবা থোংনেঙ্গা
থোংলক্লেনে থোঙ্গাং য়ৈনা ; ভাইরম্লগনি ইমাবু
নচা মঙানা। য়েংলম্লগনি চিংন-চিংনা, তাকপীরো
নচা কর্ণনংদা, পীজম্লগনি লৈজবা লোথোকুনা ইমাদা ;
মঙাগী থরায় মীয়েন, শিনজরম্লগে ইমাগী অপেনবা
ওইনবা হে ! ইমা মঙা পোকপী। তাকপীরো রচাদা
অপান্বা পীজরগে ; ইমাগী অনিংবা থুংনবা হাপচনথে
ফীগাও নুংদা, নীংশিংবীয়ুকো লানথকমদা নচা ঐনা
তুথ্রবদা অমুক্তংদি ; নাম্ববীরম্মু নচাগী হকচাংদা,
কোকচথিগে অরাবা পুম্নিগী ওইনা ; মতমতুদদি ইমা
নহাক্তি ; ওইরোইদ্রা 'থুং অনিগী মরক্তা হা',
অত্তুবু ; তাকপীরম্মুকো, আর্জ্জুনদম্ম অশেংবা লিথুন
লীবিয়ুকো ইমানা ৫ শী মথমদা।
কপলোইদ্রনে থম্মোইনা ; তারোইদ্রনে পীরাং থরায়
য়াওদ্রবা হকচাংদা তোপ-তোপ, মতমতুদদি থোজেল
রাংনা কপলোইদ্রনে নচাগীদমক ;
হে ! ইমা লাইবক ফবী ॥

---

# ইম্ফাল তুরেল

ইম্ফাল তুরেল ময়াইফবী
মীংথোন কয়াবু কংলিবী ;
মনিপুরগী ময়ায়দা চেনলিবী
বর্ম্মা তম্পাক তম্লিবী,
ইপুনফম্বু ওইরিবী।
শেংলবা ইমা নংগী ঈচেন্দা
তু-খোং পুম্বু তীনলিবী,
খোজাল হৈরবী ইরৈমা ;
ইমাগী শেংলবা লাইজনা
কোকপীথিবদাইনে, নোংপোক-
হারমদা ভাক্লম্বা।।
ব্রহ্মা নিংথৌ আকলাগী
মচা ইবুংঙোবু কনবীথিবদাই
অশিবগী থারাংতগী।।
ইমাগী লুরবা লাইজনা
লুপথিবদাইনে ঈরোম্নুংদা,
মালেম্বু কোইবা লৈকোইবা ;
থোনা লৈরবা 'আর্জুনম্বু'
য়েংথিবদাইনে ; মীংকম
হোংবা লৈতনা
নিংথিবা শক্তম্বু।
কোকপীথিবদাই নোংপোক
হারম পোইরৈ তামলকপা,
লম্বোইবা চংজথিবদাই
নংঙোন্দা, লিয়া মপুন
চংলমদাইদা চুম্বগুম ;
শেংদোকথিবদাই অমোংপা
নংগী লুরবা ঈচেমা।।
লাক্লিনে ওসিম্বু অশোনবা
কোকচনীংহনা লৈনাবু,
খীরক্লিনে নংতবু উজনিংহনা
শক্তম্বু, পোরক্লি য়োমহনা
চেং-খোইদিং লৈম্বু
থাদনিংহনা ঈচেন্দা ;
নখোং থম্বান শোক্তুনা
হায়জরুগে থন্দুনা,
কোকপীনবা লায়নাবু।।
কোকপীথিদো চংজরকপা
অপুম্বা, জাতি বীজাতি
থাইদনা ; ইচা-মীচা,
মেলৈ য়েংলৈ নাইদনা।
তাকপীথিবদাই পাওতাক করাবু,
পাওতাক হিরেনগী ঈয়াইদা ;
অশেংবা লম্বীগী,
অশেংবা লাইনিং ... ।।

# থোকখিদ্রে ইরোনসু পঙশিনখে কলমগী মচিন

থোকখিদরে ইরোনসু
ফাজিনখ্রে লৈরেংসু
পংশিনখ্রে কলমগী মচীনসু,
উরী মীংতুদদি হেন্দোককদনা।
য়েন্নীং থাগী অনৌবা মরোল ;
শাংলি লৈরাংসু ইমাংদা,
মথল কয়াগী লৈশক
লৈচু মালেমথক্তা ;
লেপ্তনা পুরক্লি লৈনমসু
নামীরবা মুংশিংকী ঈপোম্না,
য়ৈররী পংথরবা হকচাংদা
মীংকুপ খুদিং ;
করিবু হায়না শেমশিগে
লৈগী শৈজা, করি হায়না
থোনশিগে লৈকোইসিগী
মীংলেনবু ? থগ্নীরমই ইরন
পুম্বসু রাংত-পাদ, ভাবুন-
মুংদা লোংতুনা ; পোইরৈত্তা
ফাকখিবা কয়ানা, ইতিহাসকী
লংলবা মৈরানা ভাক্লি
লম্বীসু ; লম্মাংনরবা কনাগী
খুংপু পালোইবীত্নুনা,
মতম লৈবা থিবীক্তা
নিংশিংঙ্গনে পুক্লিংঙো ;
পঙশিনলবা থম্মোয়দো নৌথোক-
হনলুনে, অয়ুক য়েন্দা অহানবা
চীংথৈ মত্তাম্না লাকপদা ;
হোদোকউনে ভুমখুন হনলবা
থবায়বু.... ॥

# কচ্চরি খুন্না থাদা

কচ্চরিনে. লমদম তান্না হে ! ইমা মৈতৈ পোকপী ;
মাইকৈ অদোমদা এন্দুনা সমুরপী ইচেন্দা, কচ্চরি
ওমজবা খরা চেং থোইদিং, লৈগু-কমাবু
পাপ চেন্নবা নচানা উজবা কংন্নবম্ শকম্বু,
লৈজবা ওমন্নবম্ ইমাগী ভম্পাকথক্তা ;
চেল্লিনে ঈদি তোংশাদা ইমাগী ঈরেমথাক্তা
লেপ্তুনা. য়েংজরীনে মীৎকুপ খুদিং থোইরৈ
লমদম লমমুংশি । নোংগপাক মাইকৈদা ওাল্লিবী
চীংথৈ নংবু অপানবী. নচা ঐনা তিনথ্রবম্
মীরৈপাক্তা. য়াওথ্রকম্ লৈজনলক্তা, হোংথ্রবম্
ফিজোন্না ; মপাম্নোংশীনি ভিংবীযু । থম্মোয়-মুংদদি
অঙৌবা ফীজিনা. উদা থজনবা মীরৈপাক মচানা,
নোংমদি চেনলকৈকো. পুন্নবা শংগুলক্তী নাম্বোকুনা
ইমা নংগী ননাক্তা ; মতমথুদদি কৌশিনবীরোইদ্রনে
ইমা ! নংগী নকাদা কুচারু. হে ! ইমা মৈতৈ
পোকপী, কাওওমদ্রেনে ওসিদি থম্ফকপা নচানা........ ॥

---

# 'কিদুনা লোৎলব্রা মৈতৈ সাহিত্য'

কিদুনা লোৎলব্রনে হে ইমা !
মৈতৈ সাহিত্য ; মৈশা থাংবদা
য়ারব্রনে কোক্লবা চীংদোম্দা
লোৎপদি, খুৎথিবা মখিবনা
মাইথোং কীরক খুমদুনা, য়েঙ্গোং-খ্রাগী
অমুক্তা........ ।।

নমাম্নবী কয়াগী হরাও মীংনাক
উরগা ; নভম্বাকথক্তা পমলিবা
লচাশিংবু য়েংলগা, মীৎলু পীরাং
ইহৌনা ; লিংবা কায়রবা শক্লা,
মীয়ামনবনা ভাগিগনি কীজনা.... ।।

থোঞ্জেন থোক্লা কপচবা ভমদুনা,
থেংলবা অহিং তাংলোদা ;
পোইরৈ তায়কপা কন্নানা,
লাঞ্জোই চনখ্রবা কংলাপুংগী
চীদাইদা ; চাকনিবীগী মরোওম ।।

মোংতাইনরবা কীক্রেংনা খাইরবদগী
য়মাইদা, লেমহৌরীবা নপোৎপু
লোশিনবদি ভমজদা হৃথিগত্রা
হায়না মীপাইজা ; থোখ্রবা
থোদোক কন্নাবু নিংশিংলগা
থম্মোয়না........ ।।

নিংশিং-নিংশিং কপ্পুমা,
পুন্সিগী লায়মা-মইরিবী ;
লাইবক থীদক্ত্রা মৈয়োপাকপী,
কংথিগদোরে লোক্তাক পাৎ ;
নৈথাইগ্রে ঈরোয়ুংগী লাইজা,

ঈতুংকম ফাংতোকখ্রে, ইরম
ফাংহৈত্রবা হায়রদা........ ।।

## 'নুংশিনসি ঐখোয় পুম্বা'

নুংশিনসি ঐখোই পুম্বা, মীওইলক্তা তিন্দুনা ;
চংমিল্লসি লম্বী ১তদা পুন্সিগী ঈপাক লানবদা ;
তাওমীল্লসি ঈমাইথকী কোঙোলগুম, নোংমদি
হনখিগনি লাইরৈপাক্তা ; থমখিহুনা কৈথেল্লা,
লোইখিহুনা য়োল্লম্বা, লুকমাইথকী নাচোম কয়াদো ।
হনখিগনি য়ুমদা, মতম মাদি লৈহৌনি
ঙসি হক্কেং থায়হুনা ; চংখিগনি মীওইবা
পুম্বদি নোংমা নত্রগা নোংমা, অরোইবগী
মীংকুপ্পা কুপশিনখিগনি কনক মীহৌ কয়াদো,
মতমহুদদি পাম্নরোই করি অমতসু, ইমাংদা
লেপ্তুনসু মীহৌরোই কনাবু ; কলক্ররোই
সনা লুপা, ইমাংদা চীংগুম পৈহুনসু ।
য়েংলম্নরোই ঙৈহাকক্তাও অপাল-অরংগী ইরাং,
কৈথেলগী চীদাইদা লেপ্তুনসু, পুখিরোই করি
অমতসু ।  লৈহৌগনি তাহুনা মহাক্তি লৈমাইথক্তা,
হনখিগনি পুম্নমক মতমগী খোংলৈনা লাক্লবদা ;
থঙলরোই কনা অমতসু,  শেংন-থাইননা লাইজা
মানা ইরাইখিবনা  মুংখিগনি নোংমদি শোয়দনা... ॥

---

# নম্বুল তুরেল

মাইথোং ফীরুক খুম্নিবী
অমুবা কালীনা ;
অরুংবা মাইথোংবু কুপ্নিবী
খিরবা শক্তমতনা ।
খ্বাইরবন্দগী মমাংদা
চাক্লিবীগী মতৌগুম,
শমলাং ইফা-ফা ;
মীংলু পীরাং ঈহৌনা,
মীপুং খুদিংবু য়েংলিবী,
লাইবক খিদকো
ইমা-ও ! নম্বুল তুরেল ॥
য়েংখিবদাইনে নহাকপু
মীংকম হোংবা লৈতনা,
পুনিংহুনা মরৈপাক্তা
পোইরৈ তাম্নকপা কয়ানা ;
লুপখিবদাইনে ঈরোম্লুংদা
লায়নাবু ইমাগী শেংলবা
ইরিক্লা শেংদোকখিবদাই ।
কংলাবু তাওখিংমাং
নিংথৌগী হাক্তকা ;
তমজনিংঙাই ওইরম্বা
ইমাগী শক্তমদো,
ঙসিদি ইকাইবা
নংলেনে মীমাংদা ॥
মোংতাই সুদাইনরবা
ফীজেৎ-ফীগাইতনা
লৈতেংলবা অঙাওবীগুম ;
খ্বাইরবন্দগী নাকন্দা কমহুনা,
মচু ওনখ্রবা ঈচেলবু য়েংলগা ;
ইঙা থাগী নোংহৌনা লাকপদা
কপচরিদো ঙসিদি ॥
ওনখ্রবা ঈচেলগী শক্তম্না,
রানা থাংলেদো ঙসিদি
ইমা নংবু নম্বুল তুরেল ॥

## নুং অনিগী মরক্তা হা

ওইরেদো ঐহাক্তি নুং ২গী মরক্তা হা ; থঙজরে
অচুম্বা অরানবা করম্বা লম্বীদা চংলগা, কনাগী মফমদা
হংলগা কোকনি ঐগী অরাবা, তাক্লকনি অচুম্বা।
কোচি থাংরবা রাইদো, মতমগী ঈচেল ময়াওরবা মহাক্তো
লৈরমখিগরনে মফমকৈদা ; হংজরুইনে মঙোন্দা
অশেংবা মহাকী থুন্দুনা, লৈজবা পুক্লিংগী অপাম্বা
ফোংদোকলুইনে ইপাওবু থুপচনবা লৈতনা, থম্মোয়না
কিঙাং শেংলবনি মহাক্তি। তাক্লকনি অচুম্বা, থজরুইনে
ঙৈহাকসু পুক্লিং অনি লোংদনা পামজরুইনে ;
চংচরুইনে লম্বী খোংকাপ মঙা-তরাদং, লৈরম্মীনে
অমসু লরাই লুতোন শম্নুবা, ফমলমইনে তোকর্ব নথক্তা
অচং অওক য়েংহুনা ; তপথরবা খোঞ্জেল্লা
হংলকইনে অমুকসু, তাক্লকইনে রাইহ মঙা-তরাদং
ঙম্বা নংবু ইবুংঙো! কাওরগনু, নহাকপু হাইখিবা
রাইহেদো নোংমা ফাও ; ঐদি ওইরেনে নুং ২গী
মরক্তা হা কনাগী মতুং ইল্লগা
ফংগনি অচুম্বা লম্বী, ঈংনা চীক্লবা লাইনিংফম
লৈরমখিগরা অচুম্বা লম্বী, ওসিগী মালেম লৈকোইদা.... ।

---

# মান্নদ্রবা থুন্নাই

মান্নব্রবা থুন্নাই, থৌশাবীব্রবা ঈরৈপাক ;
ওন্না-ভৈননা লমজীংবীরবা ভুংগী পুক্সিগী থন্দনা,
ঙৈহাকী অপাম্বা থৌওংনা ওইব্রবা পুম্বা
লৌথোক্তুনা মীওইলক্তা তিনলিবা মীতম্বা নংবু কনানো ?
নশকপু লোৎতুনা নোংচুপ চিংদোম্দা, নমাইনা
নোংপোক ওন্দুনা থাংজিংগী উকম্বু হ্রুগে থন্না
থোরাং তৌ ; অমুনবা হৈনৌদা চংখিবা তীনগুম
কনামতা ঊহৌদা, মাংহল্লগে ভেমশিংনা
নাওতে শা ; তাংনা শাৎপী লৈরাংনি, পুখ্রগেরনে
নরৈপাক্তা হৃথিহুনা নহাক্না, অশেম্বা কয়াদি
থনমলী খুৎশেমগী লৈরাং চেজেন্তো ; থরাই য়াওব্রবা
পোলাংগুম লেপ্লি, মতমগী লৈরাং শাহুনা ।।
মহাও য়াওব্রবা লৈনম চেন্দ্রথা ; কোক্লবা ভোর্ব্বানথক্তা
য়ুংলি মরা য়াওব্রবা লেমকুনা, খুৎশেমগী উকক
য়াকক কয়ানা ; য়াথল লৌশিং য়াওহুনা মৈয়ানবীগী
পুন্সিবু, ঙৈহাক পুংগোই মুংঙাইরী মনিং কক্তুনা থম্বা
থরোইগুম । য়াভানম্বী য়ারেম্না. ঙৈহাক নিংথৌ ওইহুনা
চংলি মৈশা লাংলবা কোক্লবা লৈমাইথক্তা ;
কমজাও হনলহুনা থোংকাপা অয়োইবগী মতম্বু
ঙাইরী, শেঙ্গা কয়া তিংলহুনা.... ।।

---

## লাক্লে ঈহৌ

লাক্লে ঈহৌ তপ্না-তপ্না ঙসিদি, কংলুরবা ইখোংদা৷
ইনৌ-নৌনা চেন্থরক্লে লোক্তাক তম্না ;
মনিপুরগী কংলুরবা ঈচেলশিং পুন্সিনিংহুনা ইপুনকমদা৷ ৷৷
নৌখোক্লক্লে কংলম্বা লৈম্নু কয়াগী পাম্বী,
উপী-উক্তাও কয়াসু, অনৌবা ঈচেম্না তাওথরকপদা ;
য়াওরক্লে মহাও মাংখিবা কয়াদো, হয়াওজরী মতম
কয়া অরাবা মৈশা নংলুরবী, কোক্লবা তোর্বানথক্তা
নিংবা কাইনা কাইনা পুন্সিবু লেনলম্নীবী লমগী
কুন্দো। নাকুম্নী ঈচেলগী ইরাওখোন তাবদা,
কুপখ্রেনে লৈমাইসু কোক্লম্বা অনৌবা য়েন্নীংনা
চাংখংলক্লবদা ; মতম ১গীনা লংখবাল, ঙসিগীনা
কাক্চিপুর ; য়েহেল্লোউগীনা নিংথৌগী কোম্নুং,
ঙসিগীনা শীনহৈবী, ইমাগী মশাইগোন নিংখিজয়ে
শক্তম। কংলম্বা লৈহাও লৈরেন্দো চংখোল্লক্লে
ইনৌ-নৌনা অনৌবা খোংচংনা লাকপদা
শাংলক্লে লৈকা কম্না ; নোংপোক হায়ম পাংলীবা
বর্ম্ম য়োতকী মথা থংলবা লৈবুংদা,
য়েকাইরক্লে মুংশি মপাও ; মতম ১গী লৈহাওগুম
নামিবা মুংশিংলক্তা তিন্দুনা, মতমগী খোংলৈনা পুন্থুনা ... ॥

---

## ঈরাকনরে ঈয়াইদা

হেকনিংহুনা লৈরাংবু পামজহুনা থম্মোয়না
          তাওথকরে ঈয়াইদা ;
কনা য়াওদ্রা ইদোমতা কোঙ্গোল মাগী মতৌওম,
          ঈকাং কয়াগী ঈচেল্লা ॥
শওলয়েনে লৈথোংস্থ য়াহৌ ওনবা মহাক্না,
          লৈথোমদ্রা শাংপী লৈরাংনি ;
তিংথং পানবী থম্বালি, কনা লৈরয়োই মকমদো
          ঙৈহাক মীকুপ থল্লিউ ॥
অরুবা ঈয়াইবু কিরিউ থোনা করবা মহাক্না,
          পোয়ক্লে ফিগা ওলুংদা ;
কনা উখিগনি মাঁপ্পাইজা লোংশিঙ্গরী থম্মোয়লুংদা,
          ঈয়াইথকী থম্বালবু।
কংনিংহুনা ইক্লদা, লৈরাংলয়ে পন্থোগী লৈম্নাংদা
          য়াহৌ ওনবা মহাক্তি ;
পাঁম্বোম য়াংনা খাংগংতুনা, নুংশি ঈশৈ শকুনা
          হনখ্রেনে মরাং য়াইদা ॥
ঐগীদি কর্মা লৈরী, লাইবক থীরবা ঐওম,
          লম্মা নরবা পুন্সি ;
অরেপ্পা লৈত্রবা, হোৎনবদা কানত্রবা ঐরম,
          চীংথহৌরমগত্রা ॥
য়াহৌ থেংলবী পুংজাহুদা শালমথিগত্রা মকম কৈদা,
          মতম মাদি ওাইরীরে ;
মতাল পুবা ইপুথৌ, সনা অহিংবগী মচুনা ;
          নেমথত্রে থাংজিং চৗংগী মরুমদা ॥

---

# সাহিত্যগী মণ্ডালক্তা ওাঁম্বোইরিবী মৈতৈ লৈমা

য়াহৌ ওন্নিবী হে মৈতৈ ইমাও !
চংখোঙবী য়াইফবী
মতম কুইরবী ;
মীয়হোবোনগী মপুংবু ওইরিবী,
তাইবংলক্তগী অথোইবী
থৌজান লৈরবী মৈতৈ লৈমা,
মতম লৈবা খিবীক্তা
মালেমা ঈরোম্নংদা ইতিংলিদৈ,
লাইজা মানা ইরাইরীদৈ,
কনাগী খোঙ্গুল তান্নিদৈ
ইমাইথক্তা তাওজনা ননিং
তম্না শাংপদো, মপু মহাক্না
পেম্নেদো, নত্তৌ কয়াবু
উরগা লৈরাংনা লৈমন
চন্নিদৈ, অহাংলক্তা
তাওজনা ননীং তম্না শাংলিদৈ,
ইমাইথকী থম্বালগুম
পেম্নখিদো মপুনা ;
ঊরাংনা মতম নাইবগুম,
তক্কানা মণ্ডান লৈবগুম ;
ইকাং ৭ থোক্তুনা
ইরম খোংলম তৌরগী
লাইজা মানা কংগ্রুবদা
কংলা ইস্কাল লমদমদা,
য়ুরোপ চায় লিংজনা
মীয়হোয়োনগী হৌরককম,
কুম্বা লোনগী য়ারীবু
লিবীরজনা মশাইগোম্নী তাক্রম্বা,
পাইরক্কী লৌশিং হৈরবী
মৈতৈ পোকপী ইমাও !
নমাম্নবী কয়াগী মমুংদা
মনাগী তাংবল কম্নিবী,
মন্নিক চুন্নবা নংগী
লৈকোন্দা, নচাশিংগী
অয়াবা কয়াবু কনবীবা
মুংখিন্দনা লাই ওই,
অহিংদনা মী ওই ; মাগীদি
মকোক ওইরিবী, লাইগীনা
মমৈ ওইরিবী, লাইরেম্বীনিদকো
নহাক্তি ; মৈতৈ চমু য়াইফবী ॥

# মিংথোন্না নিংশিং খুদম্নি

ঙাম্নিরৈঙেগী মতমদা, মীথোই
মীহেন্নমই, (অহৈকময়্)
কংলৈপাক্কী লৈমাইদা।
মীংথোন্না তাক্নি নিংশিং
য়াম্না কয়াদি, ঙসিদি
লোংথরে পুম্নমক,
তুংদা খুংপু পুন্দুনা
হন্থানস্থ্ রেংবীরে, পোইরৈ
তাম্নকপা মহাক্না।
থংপীরেনে মনিং-মমাঙ
ইনিং-অম্না লৈরিরৈ ;
ভারতকী নোংপোক থংবা
য়াম্না থাম্নবা কাচিন্দা,
ইদোম চীক্না হাংচিং
লাংলিঙৈ য়াংতে-পাদে
করিস্থ্, লৈম্নুংগী লনবৈগে
কয়াস্থ্, থোক্লম্মীনে
পোংথোক্তো সনা লুপানা
ইশাগী লন ওইহুনা।
চংলম্মী শেনথাইনা,
নিংশি উহৈ মৈতৈ নিংথৌ
মতাংবু ; মতম অসিবু
মৈতৈ কঙলৈরোন্না শৈথারি
মৈতৈ লৈকোম্নুগী কবাহক্তা,
অপানবা কয়াতনা লাংলমই
কঙলা কোম্নুংগী কম্বান্না,
য়েহ্লোইঙেগী য়ায়ীবু অয়াংপা
লৈরমদে মৈতৈ লৈবাক্তা।
শক্লেম্বী চৈথ্রাগী নিংশিং
য়াম্নী কয়াস্থ্, মখুংদদি তারি
ইশাই পুন, পুন্থনা ঈশিং
শোকপগী চংমবী, শনাবুল।
ঙসিদি মাঙত্রে পুম্নমক,
ঙাম্নহ্না মৈয়াঁনা মুংথ্রবদা,
নিংশিংবা য়াই, 'খুইনা'
পোকত্রিঙেগী মৈতৈ নিংথৌ
কাঙবা। থোইদোক হেন্দোক্না
হৈ-শিংলবা লুপাদো ;
শাম্ন-থোংনবগী মাইকৈদা
মতম অহুদগী হৌহুনা
হুং-কেং, শগোল কাংথৈ,
থোঙ-কাংথৈ, মুক্না, ঙাংতগী
নত্তে।

# শালেপকম লৈত্রবা মীওইবগী রাখল

অপামবতনা থরম, মীহৌবতনা
লাংজরবা ; চারতনা অথুবদা
চংখিংলবা মযাংল্ল থকী
লৈকোয়ী ॥ খোক্রমেন্দ মকম
কয়ানু, মীৎনা নুমগী মতমবা
চাউখৎলকপগী খোংলৈনা লৈরমই
অঙকপা ;-অপান অরংতনা
থল্লবা মচু কয়াগী শক্তমা,
লৈতেংলমই তাইবল্লক্তা ॥
নিংথৌ মাগীদি লাকপদা,
শাখলগীরে লৈরাংসু মথল
তনা তকুপ-তরেং কয়ানা ;
চিংথৈ মতাম্না কংবদা ॥
লুপা মানবা মচুনা কুদোইরদুনা
থমাল কোরী লৈরাংনা।
খোঙ্কম য়োম্লোন নোকুনা
ইয়াইরক্তা তাউদুনা ; হুংশি
রারী লীদুনা নামীবা
হুংশিংকী ইপোমলক্তা, লৈননতবু
য়েনবদো য়েংনরুইসে
ঐহাকসু নোংম্লগীহুনা মপুনা ॥
ঙৈহাক মীৎকুপ নেমথরুই
থম্মোয় মাসু পেন্দুনা,
লুকথরকই মাইথোংনা লৈমাইথক্তা
লৈইগী পোলাং শাহুনা ;
হেকথ্রশিরা মহাকপু রাখল
অনিথক্তং থল্লিঙ্গে চনিং তাবা
ঙমদ্রিতৈ ; লৈরম্লে
অমসু কোক্লবা মালেমথকী
লৈমাইথক্তা. নমথাইরক্লে
থাজদবা মতৌনা ভনৌরবা
লৈনানা, মথল সুপ্রে লৈকোইসে
অরাংপা লৈপিত্রে মালেমসে ;
অউবতা কল্লীকই, খেংনরুবতা
মপামই অরেপ্পা লৈথিন্নে
থম্মোইসে, থুপচিন্দুনা লাইয়ুমদা
থমগে থাবগা মীহাকসু ;
মীরাইরকই ঈচৌ মামা
লাক্লবদা, তাউথখি ঈচেলা
পালেপকুম মতুদা ঈয়াইদা
হোল্লি পুন্সিগী হিনাউ ॥

# শিংথাবিদে লাইরববু কনানা

শিংথাবিদে নোংমতা
লাইরবগী মমিনা তাথ্রবদা
অচুম্বা লৈতে মীওইলক্তা
মাগী ওইজবতনা মাংজিনথা
অচুম্বা শারী মীমাংদা,
শিংথাবিদে লাইরববু উনা
উনা চংশিল্লী, তানা-তানা
পংশিল্লি মপোক মানা
থিরবদা ; লৌবিদে কনা [illegible]
লাইরবগী রাকং কয়ারক
হপ্পিন্না হাইরুরবসু হাপ্লিদে
নাপ্পদা রাহৈ অমতা
ময়েক লারবা শক্তসু
হজিন-হজিন কুপশিল্লি
অমুবা ফীজিগী মমিনা,
খুতুম চনথ্রবদা ইরৈবাকপু
মতম অমগী মমাংদদি ;
মৈরী মানা ওাল্লিডৈ
কাচিন-কোইনা, পোংচিং
পোংলোই লৈরিডৈ অপাম্ভা
তিন্দুনা কনীরমই ।
কনকমসু লৈকোইশিগী মনুংদা
[illegible] থাম্বা ভারতকী
[illegible] থংবা কাচিন্দা,
মতিক [illegible] নিংথৌনা
ভারুশীনে ইরৈবাক, শকথওবীদুনা
মীরৈবাক্তা লোনথি ;
থাগী ওম্বা সিংথোদো
মহৈগী থাক্তসু রাংলমদে ;
মীংথোন কংথিবা কয়ানি
কাংজুম, অহিবম য়েংকম
লৈত্রবা রাহৈনি ; লাইরবনা
কাউথিবনি, মুনবীথ্রবদা
ইপোং পুম্বা ॥

# লৈরাং অমদা

পুন্সিদ্রে কংলক্লগে থম্মুনা
নংঙোম্দা, চিংলোন কম্না
লান্দুনা নুরব্যা লোকচুংগী
চুজাইরক্লা ; কনা য়াউদা
ইদোমতা শা-কৈতনা থললবা
ফক্লা মল্লবা উমংলক্তা,
খিরক্লি পোথাবা লৈতনা
লীরক্লি খোজুনতবু ; পুন্সি
চেংজেন পুহনা লৈনম নংদি
ফিজিদো নামীবা চুংশিংকী
ইপোমদা, শকতুদি উদেদো
লৈরাং নংবু লৈচুংশি
চিংদা শাংগী কেতুকী
য়েকয়-কৈদা লোংলীবনো
কনাবু কিরহনা, শাকোংলো
শকককমদো লংনরগনু
ঐঙোন্দা, অরা মৈচাক
পীরগনু অমুক হন্না ;
নংগী চুংশিবা লৈনম্না
চিংগী চুজাও শকহেনবী
কিরক্লানে নহাকপু.
হেকেখিগনি থল্লহনা
লম্লানবনি নীংহনা লোংলবনে ;
উখিগনি কীজবনা মম্না
চুক্লবা ঈংনা চিক্লবা
চুজাইরক্লা নপাং কনা য়াওদনা,
পুন্সিবু বোন্দি থম্মিবী
লৈরাংহেন-ও !

# অনৌবা চহিনা লাকপদা

অনৌবা চহিনা লাকপদা য়াওরক্লে
লৈনমম্নু, শজিবু ঃকোৌবী ইমানা
পুক্লকুনা নখল কয়াগী লৈরাংগী
নাচোম ; শক্লক্লে লৈনম পুম্বম্নু
অথোবা নংগী থোগনবু য়াওনিংহুনা,
খেবা চীংগী চিংথোংদা পুনম্রে
লৈনম পুম্বা অথোবা নংগী থুম্নাবু
শোকুনা, লৈরাংনরগনি হয়েংদি
নচা ওইবা কয়ানা মিংতগী পীতনা
থেবা চিংগী চিংগক্তা তোপঃতোপ
তা নিংশিং শক্তম্নু য়েংহুনা ;
কাউওমক্রবা মৈচাক্লা নোংদোন
থক্তা ওন্নুনা কোজরিনে নচা ওইবা
ঐথোম্মনা, হে অথোবও থম্মমবু
পোম্বা ওইখিবা ইমা লৈবাক্তী-
দমক্তা ; য়েক্লবা কয়াগী ঈথেংতনা
মনাহি মথোং থুমখিবা থোংজোম
তুরেলগী ঈমাইবু, চোম্না অভাংবা
ঈনা চেম্বখিবা অথোবা নংগী
ময়াইতনা ; য়েক্লবগী ঈবু খুজোক
খুজোক শোকুনা নৈতৈ লৈমা
লৈমাংজেন্দা কংখিবা, ঈমা নংদি
কাউরিরোই শজিবু থানা লাকপদা ॥

মীয়েং তাবীয়ুনে, হে অথোবও !
নচা কয়ানা লৈরাংজবসে,
থোংজোম তুরেলগী শেংলবা লাই-
জদা থাদজরক্লে ওমজবা থংজবা
থুরনা লাংজবা চেং থোইদিং লৈম্নু ;
লৌশিনবীয়ুকো নংনদনা পংলবা
নচা কুয়ানি য়ারোবীগম্নু ॥
পম্নো ও হে অথোইবা নময়ানমৈরা
য়ানবীরম্বা, লৌশিংগী লনবু পুথোক-
পীরহুনা য়েক্লবগী মাইয়োক্তা অকিবা
শক্তম উংতুনা মালেমদা মৈতৈচানি
তাক্লম্বা ; ঈগী ঈচেল্লক্তা অভাংবা
কিরাল পাইরহুনা বৃটিশকী থৌরবা
থুক্লাইদক্তা পুলি পোম্বা ওইহুনা,
নিংতম্নবা লৈতনা য়েক্লবা নম্বা
পারম্বা নংগী চংথোক্লবা হৈ-
শিংদা লানওংদা, থাংগী জগোই
শাহুনা য়েক্লবগী মঙকুনা
খুংলোংবী য়াইরেনবীগী ওকশমদা ;
কোক্তী পয়েংনা লৈরাংনা,
হুকলমদাই নহাক্লা হে অথোবাও
মৈতৈচা নোংপোক হায়ম তাক্লবা
পীবা লক্তগী অথোইবা.... ॥

## ঙাইরমখোনে ঙাইনা চীংখোংদা

ঙাইরমখোনে ঙাইনা চিংগী চিংখোং-
ছুদা, লৈরমখোনে নহাকপু হে মুংশি
খোইরবী নংদি চংশ্রগনি লাইরৈ-
বাকী লমদমদা তাইবং কৈথেল
মরাইদা ; পুন্সিগী পোংয়োম খোঙ্গুনা
য়োন্নবা নপোংসু লোইগ্রে,
কুমশ্রগনি নহাক্তি পোংশিংকবী
ঙাইছুনা, তাইবং কৈথেল মরাইদা
কঙাওনরে. ঐহাক্তি ইপাং কয়াদি
কুমগ্রে ; তাইবং কৈথেলসু থমথিগ-
দৌরে ক্লেঙবা ঈপোত্তি শিংতরি
কনা লৈত্রে লৈমীনবা ঐগী পুন্সিগী
পোংয়োমসু. ঙাইরমখোনে নহাকপু
ঙাইনচিংছুগী চিংখোংদা চংমিন্নথিসি
ইবানি; থঙজদে ঐহাক্তি লাইরৈবাকী
চংনলোন মংখা লমজিং পুরেন
ঙাইরছুনা পুবীয়ুনে হে মুংশি
খোইরবী, ইনঙগেনে মপুঙ্গসু
লাইরৈবাকী লথীছুদা হাইনবীয়ু
নহাক্না অথোবা মহাকী মকমদা ;
নংদি শায়োন পুবী লাইরেনবীনি
তাকপীরমখো চংজকম, শিনবীরমখো
নপুংমক্না চংখোল্লবা নংগী
মুংশিরবা খোঙ্গন্দুনা ; পেনহল্লমখো
শাউগল্লবা লাইগী নিংথৌ মহাকপু.
কনবীরসু নহাক্না ঐগী অয়াবা
কয়াবু, ইরাল কয়াবু ঙাকপীরছুনা
শেঙ্গা-থুমজা লৈরবসু হাইনবীরমখো
নহাক্না ; হে মুংশি খোইরবী
ঙাইরমখোনে ঙাইনা চিংখোংদা ।।

# কাইনথ্রবস্থ চীং-তম

কাইনগ্রবস্থ চীং-তম বৃটিশ
মহাক্কী শারোঁদা কুপশিনথ্রবস্থ
অমুবা ক্ষিরাংজিনা ঈগী মরিক্তি
পুম্নি ইশাইপুন্দুগী মনুংদা
তারী মমিস্থ ঈরোম্ন্ংদা অমত্তা
ওইরবগী কুয়োম্না নাউয়োম্নহনা
নাহোংত্নগী অঙৌবা ক্ষিনা
মৈতৈ পোকপী ইমানা ঙসি
পোকপীরি ইমানা চীং-তম
অনৌবা মপোক কয়া অঙানব-
লক্তা নাওকোনবীরী কংলৈপাক্কী
লৈমাইথক্তা লাইজা মানা
থুমলিঙৈ তম্না-ঈরোম্ন্ংদা
লুপ্লিঙৈ চিংমী ঙাক্তনি
তম্মীস্থ অপুনবা য়ুমফম্নি

অতোংবা ঙাক্রম চিংজিন্না
ঈচেল্লিঙৈ অন্নাং কৌক্র
অস্থপ্না লোইনাই খুন্দা অহানবা
নোংমাইজিংগী চীংদোন্দা
পোকপীরম্মী পুংকোক মহাক্না
পুরৈরোম্বা মুহাক্না পুবীরক্না
থরাই পুখ্রা শন্নখিবনি চীং-তমগী
লৈমাইথক্তা মথৌনা লৈরবা
মগুম্না ইরম কয়া কাৎপীরবগী
মতুংদা ইহান-হান্না কংখিবা
লৈমাইবু কংলা হাইনা মীংথোনখি,
ঙসিস্থ কাউনদ্রি শক্তমদি চীং-তমগী
অপুনবা শক্তম্না চীংলোন ৯
কোইহনা কংলা মাবু মীংথোন্নি।

---

# নুংশিবনা ব্রাহল্লি

নুংশিরুবনা-ব্রাহল্লি পুন্সিবু
লৈচিল্লক্তা থোকপা থাজবু
উরুরগা মীপাইহল্লি থৱাইবু
পুন্সি অসিফাও কংথোক্লিংথি
নুংশি মহাক্কী মকমদা ।।
কীরুদে নিংথৌ মহাকপুন্নু কন্নিনবা
লৈরি থন্দুনা লাইরকোন্দা
পোক্লবা লাইরা লমজা থম্বদো,
শামু থোংদা নেংলবন্নু ঈঙাং
পাংক্তক ঈবু পামকেন লৈরবন্নু
হনথিদে নুংশিবগী ঈচেনদি,
থাগ্রবন্নু থৱাইসে নুংশিবগীদমক-
তনি থন্দুনা থাংথি চৈনা কৱাবু
থোইবী মঙুংলাংগীদমক্তা
থোইরি কৈথেল চেগাইলক্তা,
অঙাংবা লৈরাংগুম পিং পিং
হল্লবা মীহুয়া থোইবী মহাকপু
ঙাইজথি উজনিংঙুনা শক্তমবু
অৱাবতনা ভুংওইনা পুকমেন
পাউমেয়জহুনা লৈহৌরগনিদো
নহাক্তি মীরমলেন্দা নুংশি
মপাউবু অবদা থোইবী মহাকন্নু
তেমশিংলকথি মহাৎপু পোকপা
পম্বোবু ।।

---

# চংখ্রবস্থ নহাক্রা

চংখ্রবস্থ অথৌবশিংনা
লাইরৈবাক্কী লমদমদা
কংথোক্লম্লগা থম্নাইবু
ইমা লৈবাক্কীদমক্তা
হে মৈতৈ অথোবশিং
থাংলেন খুৎভা পাইত্নুনা
য়েক্লবগী মাইয়োক্তা
নিংহম্লবা লৈতনা
মৈতৈচানি ভাক্লম্বা
মংঙক কল্লবা কয়াবু
কলিগী শা ওইত্নুনা
কয়ারক হম্না লৈমরেল
ইমাগী লৈমাংদা ককথিবা
নথৌনা লৈবা লৌশিংতনা
চাইনা পুংগী লমম্নাইদা
য়েক্লবা কয়াবু হজিন
হজিন মাইথিবা পীথিবা
য়েহ্নোৌঙৈদগীনা ওসিফাউ
কংলা কোম্নুং অকেম
গুরুং ম্নুংদা ইপুথৌ
পাথওবগী শক্তমতনা

মচা কয়াগী মথৌনা
হাপ্পীত্নুনা পাওতাক
ছিরেন্দা পাউদম্বীরত্নুনা
চহিগী অনৌবা লাকপদা
লৈবাক্কী ওইবা অক কংজা
পাউজেনবীরত্নুনা লৈচিনলোমবু
য়েংলগা থোরকদবা
থৌদোকশিং তাকপীবা
হে মৈতৈ অথৌবশা
কাউঙমদেনে নোংমতস্থ নচা
ওইবা কয়ানা ইপাশিংগী
মীংলেনবু নীংশিংলুরগা
শক্তমশিংবু উরুরগা
কংঙমদেনে মীংলুগী
পীরাং থনথক্লরগা
থৌদোকশিংবু নচা ওইবা
কয়ানা কংচরকে ঙমজবা
শেংলবা অয়ুকী মঙান্দা
মোংফমথক্তা চাইথজরকে
মচু কয়াগী লৈরাংবু
লৌশিনবীয়ু হে অথৌবশা ॥

## থৈদোক্লগনু নাকন্দা

থৈদোক্লগনু নাকন্দা
ঙসিদি য়েংশিল্লো নরমদম
কাউথোক্লগনু নয়্রেপাক
নাউতে শাত্থনা কেয়্গনু
কংলবা ইমাগী ভম্পাক্তা
চুপলগনু ঈবু য়াংগংলরা
হকচাংদগী উৎল্লোনে
মীয়ুংশি মীওইবগী হৌনবী
পোকপীবগী লমনয়ু ত্তোঁল্লিদো
শিংভমত্রি থোমলাংগী লমনয়ু
অকক্লবা মভমদি লেপপ্রে
অয়োইবা চংখিগদোরে ইমাদি
য়াম্না থাপ্লবা য়ফমদা
ভিনখিগদোরে অহাং-মালংলক্তা
অমুবা লৈচিনগী মরুম্না
পুখিগদোরে লৈচিনগী দোলাই
তোংলত্থনা থৌখিগদোরে য়পু
মহাক্না মাইকৈ খঙদা লমদমদা
লোংখিগদোরে য়াম্না শুক্লবা
কাচিন্দা কনা উদা মফমদা
খোংচংকী অয়োইবা ওইনা
তাক্লমলেনে পুরক্লত্থনা মভম্না
ইমাগী অয়াবা মভোবু
নাম্না খুদিং চীংথাদনা
য়াম্না থুরবগী খোংলৈদা
তাক্লম্লে ভাইবং থানবগী
মফমদা কাইনা য়ারী য়ুংশি
মপাউ শেৎন-থাইনা
ইমাগী ভম্পাকথক্তগী
লংথোক্লম্লগনি মভম লেপপ্রে
অয়োইবা থিরুরবয়ু মফম কৈদা
লৈরমলোই মাগুম্নবী ইমা
অমা মীয়ুংশি খঙলবী মমা
কয়াগী মরক্তা য়াউরক্লাই
লৈকোইশিংগী মমুংদা নংগুম্নী
চংথোনলবী ইমা য়ালেম
লৈমা ॥

# থাজ নংবু শকহেনবী

মালেমগীদি মমোমলোই
থাজ নংবু শকহেনবী
লোংলগনুনে মাইথোংদো
অমুবা লৈচিনগী মরক্তা
মালেম লৈমনদি কোরীদো
হাদা ইমোম লাঙলেনও,
অমুক্তদি নোক্লকউ
নংগী ফজরবা মীনোক্লা
করিগী নোক্লি নহাক্লা
কাওরব্রনে ঐহাকপু
নংবু পোকপি পলেম্নি
তংতনা হংলিদো নংগী
পম্থো তোঙনিংথৌ ;
তাওরোইনা অঙানবনা
করি করম ভমগনি ।
মালেম লৈমা ঐহাক্তি
করি হায়নবু শৈথানি
ঙসি নোঙলেন নোংজাদা
চৈশিং কক্লেনে ঐহাক্তি
থাজ নংগী মত্তা
লোইর্দনবু মাইথোঙদো,
খোংচৎভনে অমুক্ত
অপেনবা ওইহনগে ইমোম
নংগী শক্তম উরগা
নদোমক্তা পোকচবনি
চৈহৎ মপু মহাক্লা
শেঙবা অনিতবা লৈমাইনি ;
নংগী ফজরবা শক্তম্না
অহিং তাঙলো অথেংবা
তাল্লবাদে উরাংদি
তাল্লবী মপাউথোকনু ;
মনা পুখনবা শিংচেন
লৈরাংগীজ খোঙলম্মিনে
চেক্লানু থাজ নংবু কৌহনা
কাকীপুমগী লৈকোন্দা
কোকিলগী কোবী মহাকনু
মতৌজনু লেংলগা.... ।।

# কাউঙমদেদকো নহাকপু

কাইনরবস্থু ইবানি চংগ্রবস্থু
নহাক্না লাইরৈবাকী লমদমদা
কাওঙম্নরোইনে নহাকপু মতম
ম্নানা লৈরিক্কাও শিম্নরমথো
মপাও পুম্না তম্নমথোনে
অনীংবা নংগী মুংশিবা.
ম্নান্না খোঞ্জেম্না য়েংজগে
লেপ্পুনা নোংদোনথক্তা
ওন্দুনা ঞবা তরানি নিংতৌনা
মীংকুপ খুদিং কাউদনা
ওরাংদি ফমম্মই ফমমেন্দা
ওসিদি ম্নাইহিপ তাল্লবনে
অরোইবা মীংকুপ তান্দুনা
নংগী খোইথুম্নরবা লাংবন
খোইগী খোঞ্জেনগুম
নংগী মুংশিরবা শকহেক্তো
তারি নাম্নদদি মীংকুপ
খুদিং কাইনরবস্থু ইবানি
চংগ্রবস্থু লাইরৈবাক্তা
তাক্লম্মুনে লম্বীদি
কংচরকে ওমজবা লৈজবা
থরনা.
থাদজরকে ঈচেন্দা
ওমজবা থরা
চেং খোইদিং চহিগী
কুমওন লাকপদা ॥

# মমবা অহিংগী নোংজুলক্তা

ইরাং হৌরক্লে নোংপোক্তা
কংলৈপাকপু পামহনা
কল্লক্লমালে মৈতৈ ইমা
লৈমরেনবু চুমথাং ৭ কী
মচুবু ৭।৭ কী খুজিংনি
হৈরম ৭ লৈনম ৭ মপুং ফারবা ;
লৈকোম্নি য়াম্না থাপ্লবা
ভারতকী নোংপোক থংবা
কাচিম্নী অৱাং কোক্রু.
অগুপ্পা লোইনাই খুন্দা
অহানবা অকুপ তরেৎ লৈবুংনি
মৈতৈ পিবাবু পোকপিবা
হুরান লানলোং হৈরবা
লোম্না হেকে থন্দুনা
থেংলবা অহিংগী তাংলোদা,
গুক্লা মমবা অহিংগী
ক্লুদিৎ-ক্লুনা চুরবা নোংজুলক্তা
য়ুংলম্লে অমুবা ফীরাল
নোংপোক পনবু ঙাক্লিবা

থাংনাগুবন চাংগী চাংজাংথক্তা
কবো নিংথৌ আকলাংনা
ঙৈহাক্তকাও পোথাদে ।
মৈতৈ নিংথৌ পাঙগনবা
মাইকৈ মরি ঙাক্লিদো
মীংকুপ নাওহুম চোইদনা
লানঙম ফিরাল পায়হনা
লোংদোন থেংনা পাইরীদো
শলাই ৭ কীদি পোক্লফম
ইম্ফাল মোংবা মরানয়াই
কংলা কোম্নুংগীদি ফম্বানথক
করি ওম্লোই মীতোপ্পা
লাকচা খুতুম চনবদো,
কয়ারক হঞ্জিন-হঞ্জিন
হোংনরবসু হথিবা ওম্লোই
নহাক্লা মৈতৈ লৈরাংগী
লৈনমদি লৈকোই
শিম্না পাইরীদো ।।

# করি হয়াঙরি পুনিমা

কথু নত্তা লেল্লবা থম্মোইনি
কোল্লবা তোব্ব নিথক্কা
লেপ্তুনা চাইনপুংগী ইফুল
হোৌরবা লৈমাইথকপু য়েংলগা
তারিনে লেপ্পা লৈতনা
মীতুগী পীরাংনা ইচেল
লেপথ্রবা কংথ্রবা হুংকৌথক্তা
তোপ-তোপ মৈশা
লাংলবা তৌব্ব নিথকী
কংলবা লৈরাংশিংগী
অরাববু উবদা লেপত্রে
ইচেল মহাকম্বু য়েংশিংদনা,
অরাবা তানিংদহুনা
চৈনাথোনবু, পাইহিত্রে চেক্লা
মহাকম্বু কীরহুনা ঈ-তৈরবা
থাংগী মমিবু, লমদম তাম্না
থোগত্রে নিংবা কাইরবা
থোজেম্না কুউ কুউ;
কাইনহোৌরবা মপাং করাবু
কৌহুনা উং ওনথ্রবা
মশাইগোনবু চীংনা চীংনা
য়েংলগা শৈথারী
থেংলবা অহিংদা উকৈ
থক্তা তোংহুনা।
য়েংজরি কাইনা মীংয়েংনা
নিংথাইথ্রবা কোন্নুং,
মৈরাইথ্রবা ইতিহাস মৈহৌথ্রবা
কংলাপুং হৌংজিনত্রে
পোইরৈ তাম্না পাইমকপা
খুম্নু থাক্লং মহাক্লা থোংথৈ
মথৌ পোংনা শম্বোংদা
তোংলহুনা য়াক্লবা থোজেল্না
মৈয়িনে মাপ্পদা শীংজাতম্না
ইচিক হল্লবা অহিংদা
নৈথাইবীরম্লে লৈকোনথু
অহি লীক্লানা কংজ্রিউ
মীংকুপ অমত্তকাও লৈশাং
তমজ্রিউ মাঙহনবীরম্লে
লৈমন চনজ্রিউ হিংচা
য়াইতম মহাক্লা মাংহনবীরম্লে
লৈকোন পুথা ॥

---

# পুন্সিগী ঈপাক লানবদা

পুন্সি ঈপাক লানবদা
চোকথরেনে হকচাংসে পম্বুং-
ফমগু য়োদরি হিথাকমন্নু
থঙজ্রি মাইকৈ সিনেন্নু
লেপওমজ্রি পুরিনে মতমগী
খোংলৈনদি ইমাইথক্তা
তাওবা কোঙ্গোলগুম মফম
থঙদা ইয়াইদা তাউরি
পুন্সিগী নৌ পাইদুনা
হোল্লি লেপ্পা লৈতনা
তাইবং ঈয়াই ঈপাক্তা,
শক্লি ঈশৈন্নু নৌনা তাম্বা
পীদুনা ইপাং কনা য়াওদনা
পুবী পোৎলুমন্নু ইকোক
থোংদুনা পুন্সিগী
পম্বুংফম তোকর্বান্দো
য়োত্রিফাও চংথিগনি
লেপ্পা লৈতনা হোনথিগনি
পুন্সিগী হিনাও অয়োইবা
মতম মহাক্লা লাকত্রিফাও ;
থিরুথিগনি মফম খুদিং
কোয়দুনা হেংলুথিগনি মাবু
লৈত্রা হায়দুনা লৈকোল
খুদিং চংদুনা, কেল্লমলোমে
লৈরাংদি ইমাইথক্তা
অহিংগী নীল্লানা চোংলিঙৈ
তিনথ্রে লৈবমন্নু নামী
চুংশি ইপোমলক্তা, তাইরমথ্রে
ঐহাকপুদি পীরম্মি অন্নাবদি
থরাই য়াওরবা খুইথরবা
ঈমাইথকী লৈমর চনলবা
লৈরাংনা ; পুন্সিগী ঈপাক
ঈয়াইদা হংলি লেপ্পা লৈতনা,
হংলি লেপ্পা লৈতনা
মীৎকুপ খুদিং নীংবা
কাইরবা থম্মাইনা, লোম্বোকত্রবা
খোঙ্গেল্লা তোকর্বান
য়াংমা-য়াংমগী য়ারীবু ।।

---

# তিনখি লেংলি পাল্লি পুম্বা

হে লাইনিংথৌ ওঃ সনা
মহিরেন তাইবং পুম্বগীদি
হৌরকফম লাইগী নিংথৌ
শোয়ারেন হৌখিঙ্ক পলেম
পম্থৌনা তাকপীরমইনে,
নরা ওইরিবা ঐখোইদা
লাইনিং পরমগী লাইনিং
লিচং অস্নুমবু ঙাংনা
শোনরমই শারি শিন্দবা
নহাকপু হেনবা লাইদি
লৈতে তাকপীরমই অখণ্ড-
অহৈ কয়ানা মৈতৈ ফ্রুপকী
ওইরবা লাইনিংহননা ;
য়ুমথোং খুদিং কোয়হনা
অকবা পাউজেল খোলাউনা
নিনবীরমই য়াকাইরোন
নাকোং খুদিং য়োনবা,
লৈরক কোনশাং কোয়হনা
শেংদোকপীরমই অমোংপা
কনাগী তিম্হুং লাইথুংস্থ
কোক্কবা চামথোকপীরমই
শেংলবা লাইজ ঈমিক্কা,
মীয়ামরবা কনাগী
অৱাববু কয়বা লৈপাক
খুমাইবু মপুক মরা
ভপ্পা পাম্নবা চাকহোং
ভাহোংনবা চহিগী চৈথিবীরম্মী ;
ঙাকথোকপীরমই হিংচা
য়াইতম কয়াবু শারোই-ঙারোই
থাওহনা তাম্থোকপীরমই
লমদম তাম্না হীংচাবা মহাকস্থ,
অথোইবনিদো নহাক্তি
লৈকোই পুম্বগী মপু ওঃ নংনা
লাইখিবীক্কী অহম্নি
তাইবং কয়াংতা লৈরে ;
সনামহি ঙৌবীরেন নংনা
পুম্নমক্কী পাম্বৈনি য়াখলগী
তুংনফম্নি নংবু চংনা
নিংবদা তাইবং কুম্মৈবু
শামজৈ ইবুংঙো নহাক্তি
য়াম্না লাপ্পী নকনস্থ
লৈ, নহাক্কী চেংলৌ
শক্তমদি অরেপা লৈতে,
পূক্লিং হুনা ফজবস্থ নহাক্লি
মৈগী হৌরকফম্নি ঈশিংগী
পোক্লফম্নি, মনিগী
শায়ফম্নি, অহৈংবগী তুংনফম্নি
মচুগী তিম্নফম্নি অচং-চংতা
থবাই কয়াগী তুংনফম্নি
নোংদোন থেংনা য়াংলবা উপী-
উরেন কংখিদো নংনা ঙৈহাক
থাদোক্লম্বদা অথাবা অশিনবা
মহাও পুম্নমকস্থ নহাক্লা ওইবনি
তাইবং মালেম ঈপাক্তা ।

# লাইবক ফন্নবী ইমা

হে ইমা লাইবক ফরবী
তাইবং পুম্বগীদি ইহৌফম
অচান মীরাই লৈতনা লেংলি
পাল্লি অপুম্ববু অমত্তা
ওইরবা মীৎয়েংনা অচম্বা
থাম্মোইগী লৈনম্মা লৈকোই
পুম্ববু শিন্দুনা অশেং
অমাং নাইদনা তাইবংপুম্ববু
নতম্বাকথক্তা কোন্দুনা
অরাম থোরাং কম্নাবু
কোকহনবীবা ইমাগী শেংলবা
খোমলাংবু ইনবীরহুনা
জীব কয়াগী পুন্সিবু
ফনবীবা, পুন্সি মুংশাংনা
লৈনবা লাযনা তিলনা কোক্লবা
হৈনম লৈনমতনা তিল্লবা
ইমাগী চংখোল্লবা শমজিগী
মনম্মা শেংদোকলিনে শেংলবা
ফনাগী মমলবা থম্মোই ;

মুংগী ইহৌবু তাকপীরি
চংজফম চীংবিরী লম্বীম্নু
মতম লৈবা খিবীক্তা,
অশংবা মচুত্তনা লৈতেংলহুনা
অশাউবা শক্তম উংতুনা
মমা ওইবীগী হৌনবী
হুংলবা তপ্পবা নম্নাইতনা
মপু-মাগী লাইমাংদা নচা
কয়াগী অন্নাংপা চাকথুংবু
নিবীরহুনা, লাইনিং চেৎলবা
নত্তোনা লৈমা ফমথোন কংখিবী
ইমা নংবু লাইবক ফবী,
মম্নাই তাংবন ফম্নিবি অহাং-
লক্তা তাউহুনা নমান্নবী
কয়াগী মরক্তা হি ম্নাইতনা
থল্লবা মচু মমেন কম্নাতনা
তিনলবা তুম্পক তুম্নবা
নত্তোনা কনলকখিনে হিংচা
ম্নাইতম কম্নানা ॥

# চীংজাও কোনবা লাম্মৈ-ও

অথাঙ্গবা চাক্লীবা চীংজাওনা
কোনবা লাম্মৈ-ও মিন্নুংশি
খঙদেদকো নহাকসে
লৈরাং কমাগী মফমদদি
করিস্নু লানখিদে নঙোন্দা,
নোংমতন্নু রাহৈ কারন চনখিবা
লৈখিত্রি অশেংবতা পামজবি
পাঙ্গল শোল্লবী লৈরাংনা
করি ঙমগনি নংঙোন্দা
শিংনজবা মোংদোন লীক্লানা·
তাল্লবস্নু কোক্কেনে থম্মোইগী
অরাবদি হেল্লিনে মৈচাক্তি ;
মৈরী চাম্মা-চাম্মনা ফুবদা
খাংঙমদ্রেনে অরা মৈচাক
ঙসিভা পোমজরিবী
লৈরাংবি মতমতবু
ভাইহুনা হয়েংদি পাইরক্লগনি
খঙহনা ঙৈহাক
পুক্নিং মুংঙাইজা,
লৈরাং ওইবগী হৌনশা
অহুবু তেমশিংলি নহাক্তি
লৈরাংগী অরাবা উদনা
লাঙ্গোই চনশিনবিরী
অঙকপা নঙোনা মীহুংশি
খঙত্রবা থম্মোইনা ॥

# থম্বৌয়মনে ঙৈহাক্তংদি

থম্বিযুনে ঙৈহাক্তদি
মীওইবা মালেমগী লৈমাইবু
য়েংলগা চন্নিং তানা
অমুক্তদি থম্বৌয়্,
কোক্লবা লৈমাই থক্তা
য়েংবিয়ু মীৎকম হোংদনা
লৈথোকপীথিগমু নাকন্দা
পুথোকপীগমু নাকোইননা
উদবা ভৌবীগমু অব্রাবা
নংগীতা থন্দুনা লেপ্থোকম্;
মতমনদি তম্নবনি
থল্লহুনা নৈথাইবীগমু
অরুবা ঈশিং থাদাগমু
অমোংপা কনা উ:দে
থন্দুনা নংগীতা অনিংবা
থুংনবা লৌথোকন্,
অরৈবা পুম্বা লৈম্নুং
পোংথোক কয়াবু হৈরে
শিংলে মতাগুম
থিল্লগনু হুগী চকু
মালেমথক্তা নোংমদি
নিংঙমলোই নহাকস্
মীওইবা মতমত্নুদদি
ঙমলোই কনবা হিয়াং
অথোবদগী পুথিগনি মীওইবগী
নাক্তগী শমজি লাকুনা
চীংথিগনি মাইকৈ থঙদনা,
য়াম্না লাপ্পবা মকমদা
মীওইবনা মীয়াইক্লবনা
পলেম ইমাবু.... ॥

---

# চংকনি কাওথ্রা লম্বেন্দো

অশংবা ফীরাংজীগী
মথক্তগী কুমথগনি নিংত্রবা,
লমহেনবা ঊৈহাক পুংগোই
চাউরিঙৈ হুকচাংনা পাঙ্গল
কল্লিঙৈ ওইরম্মী নিংথৌ
অঙম্বা শারম্মই অহৈ অশিং
লৈনম্না পনলানলিঙৈ
চৈঙুনা মীবু থোমতুনা রাহৈ
কারন থাতুনা অচূম্বা
শারবা নতৌনা, অমুবা
মাইখুমতনা কুপ কুপ্তুনা
শাথৌরমই শগোলথক্তা
তোংতুনা করি লৈরী
থিতুনা নংগীতা ওইজবা
য়েংতুনা শিরোই ঐদি
নারোই মতাগুম লমহেল্লবা
পাতম্না কল্লবা;
মীয়েংতনা ওইনিংলিবোই
নংগীতা লেংলি পাল্লি

অপুম্বা ইমাইথক্কী
কাজবা পোংথোক চাথোক
কয়াবু হৈথখিতুনা
মীরৈবাক্তা ওম্থোক্তুনা
শেঙ্গাবা কনানা
উথিগনি চেকশিন্না,
শারিবদাইনে মোংবা নংগী
নশাইগোন চেক্তুম মুংতুম
কয়ানা থেংনবা ২গী রাংমদা
নাইতোম থোক্তুনা নহাক্তা
নিংথাইথিগনি মোংমদি নংগী
অপংবা রাথন্দো ভিনথিগনি
লৈমাইথক্তা মচেং-মচেং
থোংনেংনতুনা মাংথিগনি
থোংথাং ওইনা মতমগী
ইরোননুংদা লুপথিগনি নদোমতা
লৈমন চনথ্রবদা লৈরাংনা.
কোন্দুনা মাংথিগনি কোয়াংলৈগুম
থাংজিং মাগী লৈমাংদা... ॥

---




# লোইবা চীং

মালেমগী লেমফু ওইরিবী হে! ইমা লোইবী চীং,
মপু অহানবা প্রদক্ষিণথমখিবী; হান্না লোইনৈ
হায়নবু লোইবী চীং কৌখিবী; তাইবঙদা
তোমখিল থোক্লিবা মালেমনা ঈরোলমুংদা
ইতিংলিতৈ; থোমলেন তুমখুল তাল্লিতৈ
হে! ইমা লোইবী চীং, নঙনা ইমাইথক্তা
তাঙহুনা অঙৌবা লৈচিলনা থ্বাংশেং ওই,
অশংবা থম্বাল শাৎহুনা লৈনা ১০৮ লৈতেংহুনা;
লৈনা অমনা লোং, লৈনা অমনা উপ,
তাইবঙ শিলা কম্বাক্তা মীওইববু মীতম্বীখিবী,
অহুতৈগী রারিদো নশাগী হৌদোককম নশানা
তাক্লিবী, পরিং নাইরবা মরেককুম লাইরেক
ইরেক থোকুনা, মাংবা তাবা লৈতনা;
নশাগী ওইজবা করি খিদনা থবাইশিংগী
চংজফম পিরিবী; মীওইববু নাওকোম্লকখিবী
হে; ইমা লোইবী চীং, নঙগী চাদা নাওদনা
মীরমলেনবু শেমখিবী; মীওইবগী মীংশেল
ওইরিবী; নঙগী নিংশিং রারীদি নশানা নশাবু
তাক্লিবী ওসিস্থ হিংলি নপাল তাংহুনা;
হে! ইমা নঙতগী থোম্লাংতবু থকলগা
কনাগী হকচাংদা চেল্লিবা ঈচেলসু হৌরকফমদি
নহাক্লি; ঋতু তরুক নাইহুনা থাশিং কুমশিং
থাইহুনা লাইরেল মথেক কোইহুনা, হে ইমা!
লৈরাংনা মতম নাইবগুম মপু কোলদা
শাৎলিবী, অহানবা মীংথোল কংগ্রবী
হে! ইমা লোইবী চীং........।

ঙাইবগী কোংখুম্বঃ—

শ্রী-অম কহৈশাক অনুনবা পঙ্গবি"।

কোংলক্কবা লাইরিকশিং ঃ—

১। কংগ্রবা হুম্দো পরেং (উপন্যাস)

২। লৌখী অমগী পুন্সি ( ,, )

৩। ওক্না মটি (বারী মচা)

৪। থৌনা লৈবা (বারী মচা)

৫। অমকোয় বারী (বারী মচা)

৬। শূন্যনা মী ওনবা (বারী মচা)

৭। খাংখবা (বারী মচা)

৮। অতোপ্পা শৈরেংশিং

